# থায়নগী লৈরাং

(শক্তম্লাংবা)


অইবা

শ্রীহাওবম তোম্বা সিংহ



ওইকম খোকপা হক পুন্নমক অইবগীনি ]

[ মমল ২'৫০

অফোঙবা ঃ

অইবা মশামক

অহানবা শাথোন ১৯৬৫ ইং

লাইরিক মশীং ১,১০০



ফংফম ঃ

নেসনেল বুক ষ্টোরস

লক্ষ্মী বাজার, ইম্ফাল

অমুগা

অতৈ অতৈ লাইরিক য়োনবা দুকান পুম্নমক



নম্ফম ঃ—বীণা প্রিন্টিং ৱার্কস, ইম্ফাল।

# থাগচ্চবা

লাইব্রিক অসি ইং কুমজা ১৯৫২ দা হৌজবনি। মসিবু উনম নমদুনা অহানবা শাইয়োন থোকহনজবদা এডুকেশন ডিপার্টমেন্ট মণিপুরনা লুপা ৩০০'০০ তেংবাংবিরকই। মসিগীদমক ডিপার্টমেন্ট অসিবু হন্না হন্না থাগচ্চরি।

লাইব্রিক অসি নম্বদা অরান অহুই য়াওবা পূন্নমক শ্রীমান য়ুম্নাম যদুমনি সিংহ, য়ুম্নাম লুইদ্রোমদা লৈবনা চুমথোক-চুমশিন তৌবদা য়াম্না অন্নাবা থাগবিখি। মসিগীদমক পুকচেল চাওবা অসিগী তৌবিমল লন্মন তোঞ্জরে।

ইম্ফাল, —অইবা

তাং ২৪।৭।৬৫ ইং

# কচ্চরি

ইমা লৈপাক লাইরেম্মা।
মৈতৈ লৈমা ইবেম্মা
নঙ্গী খূয়া থম্বানদা
থায়নগী লৈরাং অমল্লে।
লাংগোঞ্জবা কংদ্রবী
মাবু পোকপী পিদোম্মু,
পলেম মাগী ফৈরাথক
য়োহনবিম্মু য়োইরেম্বা
ঙাইজবগুম মমানা
ঙাইজসনু মহাকস্তু
নঙ্গী খূয়া থম্বানগী
উফুল লৈরাক অমতং।

—অইবা

# শক্তম্লাংবদা চঙবা মীশীং

**নীপা—**

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | চীংখৈ | ... | মোইরাংগী নিংথৌ |
| ২। | য়োইরেম্বা | ... | চীংখৈগী মচানীপা |
| ৩। | ওবচাল্লাকপা | ... | অঙম্বা অমা |
| ৪। | তোলোংখোম্বা | ... | অঙম্বা অমা |
| ৫। | চোথে নিংথৌ | ... | চোথেগী নিংথৌ |
| ৬। | তোজোম্বা | ... | ঈথায় মচা অমা |
| ৭। | খৌদোঙ্গ | ... | শিঙজনবা নীপা অমা |
| ৮। | তোন্দাং | ... | ৱাঙু মচা অমা |
| ৯। | ফৈজাও | ... | লুৱাং মচা অমা |
| ১০। | থোৱুনা | ... | চোথে নিংথৌগী মনাই |

১১। থোঙ্শঙবা, লাম্মী থর, ৱাঙুগী নীপা মচা অমা অসিন-চিংবা।

**নুপী—**

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | য়াঙবী লৈমা | ... | মোইরাং লৈমা |
| ২। | শমৈরাংবা | ... | ওকচীল্লাকপনা য়োকচবী নূরা অমা |
| ৩। | চীংখৈঙানবী | ... | লুপ্তাবী মচা অমা |
| ৪। | পেংনু | .. | শমৈরাংবীগী মনাই। |

# থায়নগী লৈরাং

## অহানবা তাংকক

### ১বা উৎপা

**মফম**—হৈকোল।

**মতম**—নোংয়াইচবুক লোল্লকপা।

শঙ্গাই, শূমাঙ মতোন্দা থাপ্তুক লৈবা হৈকোন্নি। হয়েং ইমুং শোরা তৈনা ঙানবদা চীংথৈ নিংথৌনা পোকচবা মচা ইবুংঙো য়োইরেম্বা রাঙ্গোল নিংথৌ হাপ্তোরি। মসিগীদমক শোয়দনবা হায়দুনা নিংথৌনা স্নাকোন্নুংবু খুৎলায় পায়বা লাম্মানা কন্না ঙাকহল্লি। নিন্দুংগী অহীংনি মম্বনা শূক শুরে—অমংবা নোংগী মরক্তা তোয়না তোয়না নোংখাং কুপ্লি। নোংথাংগী মঙান্দা খুৎলায় পায়বা লাম্মী খরনা হঙ্গৎ হন্দা কোয়চৎ চৎপস্থ উরি—নোংয়াই চবুক লোল্লবদা ইখঙ খঙহৌদনা নোং নুংশিৎ শীৎলক্লে—রাং চাউরবা ফিমু শেৎনা নীপা অমা হৈপাল অমগী মরুমদা য়াম্না লোম্না লোৎলি—মকোক্ অমুক অমুক থিনগত্তুনা শঙ্গাইরোমদা মূনা মূনা য়েংলি—নোংথাংগী মঙান্দা মমীত্তু মৈবুম থানবমুক লংলি—মশাস্থ নোংনা পূমচোৎ চোৎলি—ঙাইহাক লৈরগা তাল্লক য়েংদুনা শঙ্গাই-ইমুংদগী ফিমু শেৎপী নুপী অমনা মথাদা ফিনা

য়োমশীল্লবা পোং অমা কোন্দুনা য়াম্না লোম্না খুনীং কাওনা কাওনা থোরক্লি—হৈকোনগী মনাক য়েৌরক্লবদা মুপী অদুনা য়াম্না লোম্না "অঙম্বা" হায়না কৌরকই—ফিমু শেৎপা নীপাদুনা "ইবেম্মা" হায়দুনা নাশোন পীক্লা কেরু কেরু য়েংদুনা চঙশিল্লক্লি —"সে, শোয়বা য়াদে।" হায়দুনা মুপীদুনা পোৎয়োম অদু নীপা-সীদা শীন্নরম্লগা চিঙৈনা শঙ্গাইদা হঙ্জিনখ্রি—নীপা অদুসু পোৎতু ফিমুংদা চেৎনা কোনশিল্লগা পাকথদুনা তুমিন্না চৎপা হৌরকই—খঙহৌদনা লাম্মী অমা লাক্কুনা "কনানো ?" হায়না লাউরকই—নীপা অদুনা "ঐনি, য়াম্না চেকশিল্লু।" হায়রম্লগা য়াঙ্না খোঙদমখি্র—ঙকচানরবা লাম্মা, চিংনবগা লোয়নন নাশোন পীক্লা নোম্থদুনা মতুং ইন্নখি্র।

নোং হাংখ্রে—অপাইবা লৈচিল মতুম মতুম্মু তুবৎ তুবৎ লান্দুনা নিন্দুংগী থাজনা ঙাইহাক অমুক ঙাল, ঙাইহাক অমুক মম তৌদুনা থোরক্লে—মতম অসিদা মশম মনা ইফা-ফারবী ফিজেং লৈতেং মক্কম খঙদ্রবী য়াঙবী লৈমা, শঙ্গায় মনুংদগী —"পারী। পারী!" হায়দুনা অরাক তম্না কৌদুনা চেম্থোক্লক্লগা শঙ্গাই শুমাঙ ময়ায়মক্তদা লোমাঙদুনা তুথখ্রে—থোঞ্জেল অসি তাবদা কোনুংগী মীয়াম পূম্নমক "হা কৈদৌরবগে ?" হায়দুনা লোইনা চেম্থোকরক্লে—পূম্নমক ইঙক-ঙক্লরে চাৎংখৈ নিংথৌ লেংথোক্লক্লে—য়াঙবী লৈমনা তুদুনা লৈবা উরদুনা চেনশিল্লক্লে)

চাৎংখৈ—লৈমা, য়াঙ্বী লৈমা !

( লৈমবু কোনগৎলি—য়াঙ্বী লৈমা "হুক হুক" হায়দুনা মুংশা শোর থিংখ্রে — মশা পূম্নমক হুমাং অনপ্পা কাংলে — মথুৎ মশা অমুক অমুক থেঙ্গোক্লকপদা চাৎংখৈনা ফাবা লাকপা ঙম্লক্তে)

চীংখৈ— অমাইবা, অমাইবী !
খীল্লে তম্বুমশা !
( মী পুম্নমক কোইচেন চেন্নরে — অমাইবা-হঞ্জবা লাক্লে )

চীংখৈ— হঞ্জবা, তুক য়েংউ।
হঞ্জবা— ইনিংথৌ !
ননাই থৌগল ফংজগে।

(হায়দুনা মিহুল থাহুল য়েংলে—লাইবা-তীনবা শোন্দুনা কায়ে )
চীংখৈ— তোলোংখোম্বা কৌরকউ। (মনাই চেনখি )

অমাইবা— কৈস্থু তৌরোই ইনিংথৌ,
তীনমু লাইমু য়াওদেদা।

চীংখৈ— অদুদি—

অমাইবা— নখৌ'বুংঙো কোইরেল্লাই
থাংজিং মাগী মরৌনি।

চীংখৈ— হিঃ ! কমদৌনা অমাইবা ?

অমাইবা— চিঙু'বুংঙো মহাক্না
লৈমা লুদা নেৎপনা
অদুক লৌমাঙ্নবনি।
ননাই লাইখাই তাজগে।
লৈম্রেন লাইজা অরুবা,
লাংথৈ্র মপোপ তরেৎতং।

চীংখৈ— খীল্লে !
( মনাই চেনখি তোংলোংখোম্বা লাকই )

তোংলোংখোম্বা—ইনিংথৌ! (খুরুম্মি)
ছিঃ! মাংলেদনা কয়ম্লো!

( লাংথ্রেনচিংবা পুরকই—অমাইবনা লৌতুনা ঈশিংদা লূপ্লগা লাইরা শোন্দুনা য়াঙ্বী লৈমদা খিকই—শোল্ল-শোল্লতুনা মমায় মমীত্তা ফুই—লৈমা খাক্লা খাক্লা নোকথোক্লকই—মশা থক-থক নীক্লকই—মাইবী চঙ্বগী মতৌনি "ঊক" হায়না শোর থিংখি পূম্নমক ভুকচানৈ )।

চীংখৈ— ছিঃ! হঞ্জম্বা!

অমাইবা— ইনিংথৌ!

(শোল্লগা ফুই—য়াঙ্বী খাক্লা খাক্লা নোকথোক্লকই, ফাওরকই)

য়াঙ্বী লৈমা—হ-হ-হ-হ, অহাইয়ো!

নমু তাইবং মীওইবা,
পঙ্মন্নস্ত পন্ডিত হা।
ঈরাল্ চাগোক অমবু
সনা ঈদা চিংশিনবা
নয় ঐনা য়ানিংদে।
লৈপাক কুমথি কুমগাংবা
নিংথৌ মফম শিনববু
পাম্বরসে তাইবং-ও!
হা হা হা হা হা!

চীংখৈ— করি! ঈরাল চাগোক!
পায়ী মোরা য়োইরেম্বা,
মীগী ঈনা পোকপকো।
খোয়ুম! খোয়ুম—!

( অমাইবনা লাংথ্রেদা লাইরা শোল্লগা য়াঙ্বী লৈমগী মশাদা

নাম্বুহুনা লাইকয়রি — গুকচীল্লাকপা লাকই )

গুকচীল্লাকপা—কেগে নিংথৌ পুরিক্লাই,
পোৎলমশুনা পুক্লক্লে।
নোংয়াই চবুক লোনবদা
থাংজিং চীংদোন কাদুনা
লৈরাং লৈশং খেক্লাইবা
হেকচরক্লে লৈমাবা।

চীংথৈ— য়াম্না করে অঙম্বা।
(অমাইবনা লবাই লেম্ফুদা লাইবা শোন্দুনা ক্যাম্বী )

য়াঙ্বী লৈমা হৈয়ুমু—! ( হায়না শোর হুম্বুরকই )

অমাইবা— ননাও'বেম্মা লৌফংলে।

য়াঙবী লৈমা — (ইফিং-ফিংনা) কদায়, কদায়দনোমে!
পারী নৌবা অপিথক
পোইরৈ কদোম পাংথরে।

চীংথৈ— পারী! পারী কৈদৌরবা।

য়াঙবী লৈমা—(মশা নীক্তুনা) ইস—শক্তমদো! (হৌগৎলক্লে)
মহাক্তুগী শক্তমদো!
ইস—! ইস—! (থক থক নীকই)

চীংথৈ— লৌমাঙবগী মতম নৎতয়ে!
হায়য়ু, পারী কৈদৌরে?

য়াঙবী লৈমা—কাংচেৎকুম্না মুয়বা,
তম্ন লাইগী শক্তম।
লাওয়বা মমীৎ অনী,

চাওরবা ময়া কুন্থ্রা।
শাংলবা খূজীল তরা!
ইস! মাগী মশাদো,
কাপ-কাপমুক শাংলবা
তুনা পুয়োম য়োমশিনবা!
ইস—ইনিংথৌ! ইনিংথৌ! (নীকই)

চীংখৈ— অরায়বনি নওগীদু।
হায়য়ু পারী য়োইরেম্বা—

য়াঙ্বী-লৈমা— পারী মাবু থাদাকোল
খোয়েন তুমখুল তাল্লিঙৈ
শক্তম অতুমক্তনা
কম্যাঙ্মক্তা লেপ্তুনা
চাওরবা·য়া কুনথ্রাদু
অরৈমখৈ খিগৎলে;
লাওরবা-মীৎ অনীদু
গ্রোঙ-গ্রোঙ্ ওন্গংলদুনা
মখোঙ্দ্রঙ্দ্রঙ্ গীন্দুনা
খেক্লা লাওনা ঙংলগা
পারী'বুংঙো নুংশিবা— (কপ্পি)

চীংখৈ— মতম নক্রে কপ্পগী
হায়য়ু কৈদোয়বগে?

য়াঙ্বী লৈমা—ঐবু লোইবা ইনিংথৌ,
ইথানুংগী থানিংথৌ,
ইথাদগী শেত্তুনা

শক্তমতুনা পুবিগ্রে।
পারী'বুংডো মুংশিবা! (বাম্বুখি)

চীংখৈ— করি! নৈমা কমদৌবা!
তম্ন-লাইগী-শক্তম্মা
হয়েং ইন্নুং ঙানবদা
বাঙ্গোল নিংথৌ হাপ্তোব
য়াইরেম্বব মুনথ্রবা!

ওকচীল্লাকপা—ইয়া! করি কমদৌবা!
ওক্চীল্লাকপৈ মশূবো
তম্ন-লাইগী শক্তম্মা
চঙ্না-চঙ্ফা ফাঞ্জবা!

চীংখৈ— ( মনাই অমদা )
চৎলু নৈত্রা য়েংলুচো!

ওকচীল্লাকপা—করি থোক্লে ইনিংথৌ,
পোক্তবীগী মথূক্তা
ইশূ নৌবা য়োইরেম্বা
শিন্নবিন্নু হায়দুনা
চামা থোক্না হায়জবা
করি থোক্লে তৌজিক্তি?
পোক্তবীগা লোয়ননা
নিংথৌ য়াওনা শরৌ-শীন
মাঙ্হল্লিত্রা ইশূবো! ( মনাই লাকই )

মনাই— নৈমা নিংথৌ কোন্দদি
নৈত্রে নচা ইবুংঙো!

চীংথৈ— মাঙ্‌লেদনা করম্নো !
চৎলু নখোয় পূম্নমক
মায়কৈ শীম্না চাইদুনা
পান্নী খোঙ্গুল লীরুচো !

(ময়াম চেল্লখি)

ওকচীল্লাকপা—অচচ্চা !
লাকচখিদা শরিশো !
মপূ ওকচীল্লাকপা ঐ
লৈরি হায়বা খঙদ্রবা।
ঙসি ইমুং অসিগী
মীৎশেং খাঙ্‌বা কনা লৈ ?

মীৎশেং খাঙ্‌বা—ননাই ঐনি অঙম্বা !

ওকচীল্লাকপা—নবুক শেংনা খুম্মুদো।
শগোল শামু মায়রৈনা
চরৈ থুপচা-নর'দি
ওকচীল্লাকপৈ থাঙ্‌লেন্দা
মতুপ তরেৎ তাজনি

মীৎশেংখাঙবা—অঙম্ববু ননাই ঐ—

ওকচীল্লাকপা—ঙসি অঙীং অসিদা
সনা কোম্মুং ময়োন্দা
নমাঙ্গুনা উখিবা
ননাদুনা তাখিবা
থোরম থোদো পূম্নমক
চিংথদনা তম্মুহে।

**মীৎশেংখাঙবা**—অঙম্বৰু, তমজগে—
নোংয়াই চবুক লোনবা-তুং,
নোংলেন লাইজা ঈয়ানা
মশা পূমচোৎ-চোৎলবা,
চয়ৈ ফিমু শেৎলবা
য়াং-চাউরবা নীপা'মা
ময়োম অমা কোন্দুনা
হৈকোন'সিমক্তদগী
খোঙদোয় কন্না হুল্লকই।

**ওকচীল্লাকপা**— উম্ উম্! ফিমু শেৎলবা
য়াং-চাউরবা নীপা'মা ?

**মীৎশেংখাঙবা**—অঙম্বৰু! "অদুদৈ ?"
ননাই ঐনা "কনানো"
হায়না হংবা মতমদা
"ঐনি, য়াম্না চেকশিল্লু"
হায়রম্লগা মহাক্তু
য়াঙনা খোঙদোয় হুন্থরে।
'মম্বা অহীং ওইবনা
লৈশিনখিফম খঙহৌদ্রে।

**ওকচীল্লাকপা**— মহাক্তুদি কনানো ?

**মীৎশেংখাঙবা**—মশক খঙজহৌদরে।

**ওকচীল্লাকপা**— অদুদগী কমদোরে ?

**মীৎশেংখাঙবা**—চিংনবনা মাঙওইনা
মাগী খোঙ্গুল লীবদা
নোংচুপ স্নখোঙদগী

লাঙ্গোই তোংবা অমম্মা
লমথাখিবা উহৌই।
মথা তাবা খঙ্জদ্রে।

ওকচীপ্পাকপা— হা হা হা হা হা!
চিঙু শোরেল তম্নলাই,
হা শেরেন্নু তম্নবী,
পাঙ্দেদকো নখোয়সে।
নোংগা অমা হাংপদা
শোরেন্না লাইনৌতা,
শোরেনবনা কমু শেং
লৈমকোন্দা মথিফোং;
লোন্না থুপ্পা মচেনবা,
শাইয়োন পুবা শোরেনশা
পাঙ্দেদকো নখোয়সে!
হা হা হা হা হা!

চাংখৈ— পাম্বী খোঙ্গুল লীখিবা
কনা 'মতা কল্লক্রে।
মাঙ্থ্রবনে চাননা।

ওকচীল্লাকপা— চাংখৈ নিংথৌ তাবিহৌ,—
খৃৎকাঙ্ চুপ্পা লংলা-কাঙ্;
খৃৎচুল চুপ্পা তেম্বু হুন্,
রা-ফেন্নদো হন্দক্নি।
ঐগী ইশূ মাঙ্ফদে। (অতৈদা)
নোংম্রাং মচা চোকশিঙ্গৌ,
লোনগী শাজেল তৌজহৌ।

করিগুম্বা ইশূনা
মাঙখি তাখি থোক্ল'দি
থাংজিং লাইনা খঙসনু
কেগে থক খা ওনগনি,
মোইরাংতগী মীকোক্লা
লোক্তাক ঈশা মাপনগী
ঈরেল ফুঙ্জিন্নগনি।
ইপায় ইমোম পিদোন্নু,
নপান্নীবু থৌশাদে,
পোক্তবীদা পীথোকই,
য়েংশিনবিদে হায়তুনা
ন্নারোনুকো ইপাবু। (চৎখি)

চীংথৈ— (থম্মোয় শোক্লা) পিদোন্নু!
তাইবং নুবী পৃম্বগী
কোক্কী তম্ফা য়াই-ওইবী!
মানা পোকচরম্লবা
চীংথৈ ঐগী ইপান্নী
য়োইরেম্ববু মাংখ্রবা!
ওঃ—!

(য়াঙবী নৈমা ইফং ক্ষিংনা হোৌগৎক্লুনা)

য়াঙবী নৈমা— ইমাই পেম্মা, করম্নো!
তম্ন-লাইগী শক্তমদো
অমুক হন্না ফাওরক্লে।
কিজরে ঐ কিজরে। (চেনগে ভৌই)

চীংথৈ— চেনখিগনু হিংচাবী! (মশম পারতুনা ক্ষায়)

মচা কাইনখরবা
মপা ঐগী শক্তমগা
তম্ন-লাইগী শক্তমগা
হায়য়ু মুন্না য়েংলগা
করম্বনা হেন্না কি ?

য়াঙ্বীলৈমা— মচা শেংন খাইনবী
পাম্বা কৈরেল অমোমগা
থাঙ্লেন মাগী ময়াগা
করম্বনা থোবগে
য়েংনরসি ইনিংথৌ,
থাঙ্লেন ময়া থাবিরো।

চীংখৈ— নচীন থীনু চীন্থীবী,
হায়য়ু পারী কৈদা-লৈ ?

য়াঙবীলৈমা— তম্ন-লাইগী শক্তম্না
ইথাদগী শেংখরে,
লৈত্রে, মাঙ্খে, ইপান্নী !

চীংখৈ — অদু ওইহিল্লবদি
তম্নবী-লাই নহাকসু
থাঙ্লেনসিনা করুগা
তম্ন-লাইদা তম্ননি। (থাঙ্ হেক পায়বদা)

তোলোংখোম্বা—মাঙ্লে, মাঙ্লে, ইনিংথৌ। (খাম্মী)
নমা 'বেম্মা লৈমগী
য়াথং ঙাকপিররোইত্রা ?

চীংখৈ— করি য়াথং ইমাগী ?

তোলোংখোম্বা — নিংথৌ পোকপী ইবেম্মা,
নৈমা ইনুং চাইবীনা
নোংগারমদাই মতমদা
সনা খুৎতু পায়দুনা
"ঐগী ইমৌ য়াঙ্বীদা
পারী নঙ্না লান্বনা
নঙ্গী য়াইবি মাঙ্নবা
মানা তৌরবস্তকো,
মাবু মাঙ্হনগনুকো"।

চীংখৈ— অঙহা!

তোলোংখোম্বা — মনীং থুংদ-থুংদনা
কোরৌ নোংগাখ্রবীনি!
খোয়ুম্লক্তা তিন্থ্রফাও
মনীং থুংহল্লরোইদ্রা?

চীংখৈ— ( শুন্দ্রংদা য়েংলগা নোক্তুনা )
ওন্থোকপগা নোংদম্লি!
খঙ্লে, ঐগী ইপুন্সি
তাইবংপানগী চাক্লবা
মৈচাক্তনা তাদুনা
তেংথা-নাওইননবা
পোক্লকবা মপোক্লি।

য়াঙ্বীলৈমা— কৈদোবিরে ইনিংথৌ,
ঐবু হাৎপিদ্রবদে! ( হৌগৎ-হৌগৎনা )
লৈনা লৈনা ইথংলেন,
নুংশি ঈরী-ঈথায়বু;

থকচবস্থ ফংদ্রবী ;
মাঙ্গা মায়োক মায়য়াদা
লৈশাং য়োনা শাংল'স্থু
চিন্‌বিদ্রবী লৈরাংনা
কৈদোঙ্গনি হিংদুনা
হাপ্তোকপিদো য়াঙ্‌বীবু ।

(চীংখৈগী মখোংদা ভুখরে চীংখৈ চিংখৎপিরগা মখুৎ ওয়না য়াঙ্‌বীগী লুখমদা পায়—য়েংনা মখদাংদা পায়দুনা মুন্না য়েংলগা মচীম্বান নক্ক )

চীংখৈ-- মোইরাং লৈমা, চীংখৈগী
চাঙ্গরবী ইচন্‌-ও !
( য়াঙ্‌বী শাউনা ফেৎ হাইদোকখি )।

---

## ২ শুবা উংপা

### ঈথাই চীং

**মফম**—ভশুকপা লোকচপ ।

**মতম**—নোংঙাল্লমদাই তমম-তমম্বা মতম ।

( অথাপ্পদা শিঙজনবা নীপা অমনা শরুকপা মিন্নবা ইশৈগী খোঙ্গেন তারী )

## ইশৈ

কোয়ৌনদি লোংউপ ওই
মালেম্নদি কৈরা-হা
মপুয় শারং পোম্লুংদা
নাউয়োক্লিবা তাইবংনে।

মোংম্নম লাইরু-লেম্বীনা
ফিগে ফিঙৌ ফিমু-শেং
নাউশুমফমদা লুমদুনা
নাউশুল্লিবা তাইবংনে।

মপুয় শিন্থা তুংইন্না
মুং-কোইননা পাল্লিবা
লীচৎ চুম্বা মীডুনা
লেম্না মাঙবা হৌনদে।

তাইবং-শিন্থা লোন্নগা
কিকোং লৌওনবীনা-চিং
খম্নুং নিংথৌ শাইকোন্দা
তুংলুদোবা তাইবংনে।

(ইশৈ অসিনা লোউবগা লোইনা লোইননা অম্নুম অস্নুমডাম্থোম্নকই
—তোলোম্বগা খোদোনগা থাঙজো অনমম পায়দুনা লাকই)

খোদোল— ঐহাক্কীদি লোকচপ্পা
শয়ি শরা য়াল্লম্মী !

তোলোম্বা— ঐহাক্কীনা অা-দৈসে
ওরাং য়াম্থরম্লি,
ওসি মশা হাইরুগে।

খৌদোল— এঃ! অসিদা চঙচুন্নু
পাম্বা য়ারেকফম্নিকো।
য়াম্না লুবা লাইকোন্নি
কিজদনা ঐখোয়দি
অমুক্ত-কাও কোঙদাদ্রি।

তোলোম্বা— এঃ! ঐদি খঙবু খঙলমদে।
য়াম্থরব্লিবাসিদি
চিংথোক্তবা ময়াদ্রে,
খরা য়াওকো ইনাওসু!

খৌদোল— মাইবে, কিজে ঙমজরোই।
'সোমদা লাক্লিসিফাওবা
শৌবিং শৌবিংলিপোৎনি।
ননাও চৎলে ইয়াম্বা।

(চৎখি তোলোম্বসু নারক্তা চঙখি-থীন্দনা ফৈজাও থুংলয়ে—শগোল পুন্সিল্লম্লগা অঙাঙ কৈবম্নদুনা নারক তম্না হোচ্চিল্লকই—হায়রকই)

ফৈজাও— হা হা হা হা হা!
নাইনুবীগী মপারী,
নঙগী মোংফম য়োৎরেদো।
মপোক লাংঙোনথীবনা
পুন্সি খোয়রেল য়োদনা
মাংদোৎরেদো মহাদা।
নঙ মরূনা য়ুবান।
তীন্নি মহু পানবা তীন!
তিল্লাং তিঞ্জুম খোয়রাংহৈ,
নিংখৌ কোনগী চীন্দম-হৈ,

হৈরাঙথোম্বদা চঙবনি।
হা হা হা হা হা ! (থাপুক্লা খোদোম্না উরে)
উরাংসীদা হাইহৎক্লা
নঙগী য়াইবি লোগনি।

( ফাক ফাক নোক্কুন্না অঙাঙ থাংগৎলকই — খোদোম্না লাউরকই। )

খোদোল — হায় হায়, কনানোনেহে !!
হা—! (ফৈজাওনা অঙাঙ মথাদা কোনশিল্লি)
করিগীনো—হা ! ( চঙশিল্লকই )

ফৈজাও— কম্রি কান্নখিগনি
নীংবা কায়বা এহাক্লা
তাইবংপান্দা পানবগী।
ইপাই-বুংগো হুংশিবা,
ইপা ইচা অনীমক
পুন্না শিমিন্নম্লসি !

খোদোল— ইয়া, করিগীনোনেহে
শিমিন্নদোরিববো ?

ফৈজাও— মাগী মমা লৈতরে।
খোম্লাং মায়োক্লদবা
থাবুম অহুম ফারক্লে।
মবুক লাম্না কপ্পদো,
তাবা ঙমশিল্লক্করে।

খোদোল— অদুগীরা মহাকপু
ময়া ফিবুল নম্লিবা ?

ফৈজাও— মানি মানি ইচীন্নাও !
ইচানিনা মহাকপু
হাংসি হায়রা হাংঙমদে,
কপ্পকপস্ত্রু তাঙমদ্রে ।

খোদোল— চংলো চংলো হৌনদ্রে,
নরানয়ান্দা হন্থরো ।
ঙাওরবরা নহাকপো ?

ফৈজাও— চচ্চরগে ইচীন্নাও,
থরা থোনগংপিরম্মু ।

খোদোল— খোনবিগেসে, খোনদিগে ।

( থাঙ্জো লৈপাক্তা থমদুনা অচাঙ চেক পায়গে চৌরমক্তদা ফৈজাওনা থাঙ শক্তুনা থিল্লি—খোদোল লাউখোংনা হাইখি—তোলোম্বা নারক্তা লোচা ফৈজাওগী মতুংলোনদা চেনশিল্লকই—ফৈজাওনা খোদোনবু লোকথাদা ইন্থরগা অঙাঙগী মকোক কক্কে চৌরবদা তোলোম্বা চেনশিল্লকুনা ফৈজাওগী মনমগী থাঙনা যাল্লে ।

ফৈজাও— ওঃ— ! ওঃ— !

( হায়দুনা তুথখি—তোলোম্বনা অঙাঙ পনখংলি—মতম অসিদা শগোল তোংবা নীপা অমনা কন্না খৌজিল্লকপা উরে—তোল্লোম্বা অঙাঙ পুডুনা নারক্তা লৈশিনখে— ওকচীল্লাকপা য়োরক্লে—শগোল তোংডুনা চঙবা য়াদবা মফম ওইবগা ফৈজাওনা তোংলকপা শগোল খেংনবগা শগোন্দগী কুমথরগা থাঙ-শক্তুনা নাশোল পীক্লা চেনশিল্লকই—ফ্রং ফ্রং ওন্দুনা লৈবিবা ফৈজাওবু উডুনা প্রপ প্রপ চঙশিল্লগা হায়রকই )

ওকচীল্লাকপা—হায়যু তনবা, নহাকসে
লুরাংমচা নংতরা ? ( ফৈজাও নীকই )

নীপ থোক্না খুম্মুনে,
ঙরাং কেগে কোন্নুংদা
লুরাংমচা অমথক
লাকই হায়দো নঙ্ নত্রা ?

ফৈজাও মানি, কেগে অঙম্বা।
ইরান্না-পোৎ ফাদুনা।
ঐহাক লাননা ঙনদরে।
ওঃ - ! ওঃ !

শুকচীল্লাকপা—লাইরেম্বেনগী যেংতুনা
ইযো, শেংনা খম্মুদো।
নঙ্না লেম্না পুথিবা
নিংথৌ মচ য়োইরেম্বা —

ফৈজাও— ( শাদো পোংনা পোংনা )
লৈমা — য়াঙ্বী — লৈননা
কেগে — তোলোং — খোম্বদা,
তোলোং — মানা — ঐচোন্দা--
ওঃ— ! ওঃ ! ( ফ্রুৎ ফ্রুৎ ওল্লি )

শুকচীল্লাকপা—হায়মু, নহাক কৈদা লৈ ?

ফৈজাও— চীংথৈ — নিংথৌ — খল্লম্বা
তোলোন — বনা — মুনখরে।
নহাক — চৎথ্রে — অসোমদা।
( মখূৎ চাইদোক্তুনা তাকই।
ওঃ ! ও'— !

শুকচীল্লাকপা—তোলোম্বনা মুনখরে !
ফরে নহাক লৈহৌখো !

( চংখি— কৈজাও ফ্রং ফ্রং ওন্দুনা লৈ — ভাইহাক লৈরগা কৈ অমা ঙংদুনা চেনশিল্লকই — কৈজাও কিবনা থক থক নীকই ফম্‌শীং ফম্‌শীং খরা খরা চংলি—কৈনা চোংশিল্লক্লুনা কৈজাওবু লাক্লে )।

---

# ৩ শুবা উৎপা

মফম—পিদোন্নুগী শক্তম লাংফম।

মতম—নুমিৎ বাতোল্লোম্বা মতম।

( শঙ্গাইগী মমাঙ্‌থংবদা খরদং থাপ্লা হৈপাল লৈপাল হৌরবা নিংথিবা মফম অমনি—মাসিগী মনুংদা পিতক চেংতক তৌবা—তরু তরুবা শঙ্‌ অমা লৈ—শঙ অসিদা ফাংলিবা থোঙজাও তশেং তশেংনা উরি—থোঙজাওসিদগী য়ুখল অদুগা পিদোন্নুগী শক্তম মথং মথং লৈথি—তোলোংখোম্বা লাকপা উবদা য়াঙবী লৈমা শঙ্গাইদগী চেন্থোরকই।

য়াঙবীলৈমা— অঙম্বা।

তোলোংখোম্বা—মোইরাংলৈমা ইবেম্মা। ( থুরুম্মী )

চিংনবিরুরগনু

থবক পাঙলে ইবেম্মা!

য়াঙবী— উম—পাঙলব্রা অঙম্বা?

তোলোংখোম্বা—( কোইরু-কোইরু য়েঙিং, হায়রকই )

ননাই কৈজাও থেংনরে।

য়াঙবীলৈমা— করি লমদা অঙম্বা ?

তোলোংখোম্বা—ঈথাই চীংগী লোকন্নুংদা !
পাম্বা মানা শারাক-তম
কৈরেন্নদি ঈ-চুপ্ল
তাইবং-তুংওইনরম্লে।

য়াঙবীলৈমা— অঙাঙনৌবা অদুদি ?

তোলোংখোম্বা — অঙাঙনৌবা অদুদি
ঈ-নৌ পাম্বা পাম্বনা
মক্ল-ময়াঙ থাক্তনা
চাথ্রমাল্লে ইবেম্মা।

য়াঙবীলৈমা— নীংবা কয়া থুংফাক্তে
চিংনবনা নীংজিংনৈ !

তোলোংখোম্বা—মোইরাংলৈমা ইবেম্মা !
হৌথ্রবগীদমক্তা
নিংদোন পোম্বীরগন্নু।
অঙাঙনৌবা অদুদা
মাঙলম্বদা ওইসন্নু।
হঞ্চক-ঙাচক শাদুনা
মথি ফোংলকপদুদি
ননাই তোলোংখোম্বগী
ঙম-ওল ঙমদাই ওইজনি।

য়াঙবীলৈমা — চিংনরোই অঙম্বা।
ঐস্নু নিংথৌ মচানি,
ইতীক ঙাক্না চৎলিবী
লুবাংচম্নু ঐহাক্কি !

থোকখ্রবা-থৌ অদুগী
থোক্লক্লিবা পুম্নমক
মায়পুননা লেপকনি।

তোলোংখোম্বা—ইবেম্মবু।

য়াংবীলৈমা— মহাক অচৌবনিদো,
লৈপাক্কীদি ফম্নাইবা
নিংথৌঙম্বা অঙম্বা,
চৎনলীচৎ কায়দনা
কেগে মোইরাং লৈপাকপু
কোকথোঙননা পুরিনা!

তোলোংখোম্বা—তোনবদগী তোল্লবা
ননাই তোলোংখোম্বনি।

য়াংবীলৈমা— কৎলিবা-রা অসিগী
মতীক চানা রাথেয়ু।

তোলোংখোম্বা—তাকপিনিদো ইবেম্মা।
অচুম্বরু ওইর'দি
লুরেল লৈদা কেল্ল-কাঙ
নীংংল্লবা তৌজরোই।

য়াংবীলৈমা— করি ইরাল ফংজুনা
কেগে নিংথৌ চীংথেনা
ঐবু ইম্বোকপিরিবা!
নংত্ত-ওইদ করম্বা
ঐনা চৎলম্নবগে!
লৈবাক মীয়াম পুম্বগী
মপী মপা অনীনা

পূকচেল খোয়জেল তিন্নদ,
থাইবুং-থাইবুং-পানবসে
লৈপাক্কীদি মথক্তা
অঙম্বনা তোংন্থনা
থিগৎপিকম তোক্ক্রবা ?

তোলোংখোম্বা— য়াবিগনু ইবেম্মা।
তোলোংখোম্বা হিংজরি।
ককশাবিগুম মন্দুনা
লোইনা থিগচ্চগনি।

য়াঙবীলৈমা— হুম-হুম ! নোক্কুম নোক্লিভিঙ !
নিংথৌ অমা ওইরগা
লৈঙাক থৌরম থোদোবু
তরাই তগোক খন্দোকপা।
অহীং মুংথিল অনীদা
মিনাই মাগী শক্তমগা
শুম-থোইনা লৈথোকপা।
অসি থিবিক অসিবু
কনাই মমায় খুবনো ?
চাউথংলবা মোইরাংগী
লংলাইবক ময়ায়দা
মায়হিং কাবা নম্ভবা !

তোলোংখোম্বা— ননাই খঙজে ইবেম্মা।

য়াঙবীলৈমা— চৎনবিবু চয়োমশা
হৌনবিবু হোন্দুনা
লৈপাক্কী চুক ওইরিবা

ফমদো হুন্ফু মরিনি।
মখোয় খ্বাইগী মথক্তা
তোলোংখোম্বা পাঙ্গনবা,
পুম্নমকসি লৈরিঙৈ
লোক্তাক্তদি খোঙরাইবী,
থাংজিং চীংনা ফমশেনবী
কেগে মোইরাং লৈপাক্তা
অসি য়োৎথ্রবনিকো।

তোলোংখোম্বা— তপথবিখো ইবেম্মা!
করি হোংবা লৈতরি,
অতুগী'দু মঙায়রি।
শোরা খোদেম চীংমায়দা
ইন্নুং তৈনা ঙাল্লিদো,
নোংলোক-নোংচুপ চীংশাংনা
কোরৌ মঙাল চুপ্লিদো।

য়াঙ্বী লৈমা — তো-তো! আদা লাক্লেসে!
রাথল শোইরোম্নরবা,
লোয়নবা মপাল থোক্লবা
কঙাওনবা নিংথৌসে
তরং-মালং-খঙ্দনা
লমদম অসি তম্লক্লে।

তোলোংখোম্বা— ইবেম্মবু!
য়াঙ্বী লৈমা— লৈপাক লোইনা কৌখৎলু।
কেগে নিংথৌ চীংথৈনা
ঊরাং-চবাল-লাংলিবী



মিনাই মাগী শক্তমসে
খোঙ্‌পাক্তনা তাদুনা
উফুল লৈরীক ওলহল্লু।

তোলোংখোম্বা— ননাই লোইনা খঙ্‌জরে।

য়াঙ্‌বীলৈমা— লাইরেম্বীসু নত্তনা
মিনাইনুবী অমবু
নিংথৌমক্না ঈরাৎপা,
কনাই মমায় থুবনো!
নোংদোন তম্বা তিল্লাংনা
ইয়ামদা তাই হায়বগুম
কেগে লৈপাক পুম্বগী
চোম্বা-লঙ্‌বা নৎতরা?

(চৎখি—তোলোং রাখল তৌদুনা লৈ, চীংখৈ লাকই থুরম্মি)

চীংখৈ— অঙম্বা!

তোলোংখোম্বা— ইনিংথৌ!
রারম অমা অনীদং
হংগচ্চগে হায়দুনা।

চীংখৈ— হায়যু তাসি অঙম্বা।

তোলোংখোম্বা— ইনিংথৌ!
মচা ওইবৈ ওইনফম,
মমা মপা অনীনি।
রারক রাতেম্‌বিদুনা
চাউখৎনবা শীনবনা
মখোই'নীগী মথৌনি।
অদুগুম্বা অনীনা

খাইবুং-খাইবুংবদা
মচা ওইবশিংভুনা
নুংঙাইদোবা কৈদনো !

চীংখৈ— খঙলে তোক্লো অঙম্বা ।
পোলোই পান্দম পাংবদা
চিংনদ্রবা চীংখৈদা
চৎন লোনচৎ-পুম্নমক
লোইনা ময়াঙ্গ চম্খরে ।

তোলোংখোম্বা— ভাইবিখোনে ইনিংথৌ,
মমায়দমক ঋবনা
গীঙ্গা ঈরা কংদ্রবা
কেগে লৈপাক মীয়ামগী
ঋখল খন্থবিখোনে ।

চীংখৈ— মপোক লাংঙোন অসীগী
হিরী লীশাং লীথুপ্ন
চাম্রক হন্না খল্লগা
লেপচরবা পূক্নীংনি ।

তোলোংখোম্বা— মসীমস্থ খনবীয়ু,
পস্তোনদি চাঙবী
পোক্কবীবু মচানা
নুংশিজফম থোকপরা ?
লৈপাক মীয়াম ঐখোয়গী
নুংশিজবী ইমাবু
ইপা ওইবা নিংথোগী
লৈমা ওইনা থম্বিয়ু ।

ঙাঙ্জরিবা ন্নাফমসে
লৈপাক খ্বায়গী খোল্লাউনি।

চীংথৈ— লেপচরিবা অসীনা
(চীং ১)
অরেপ্পনি ঐহাক্কী।
খ্বাইনা পাম্বা তুংইন্না
ঐবু হান্তোক্লবস্তু
কারি হোংবা তৌরব্রোই।
(চৎকে তৌই—য়াঙ্বী লাকই)

য়াঙ্বীলৈমা— লেংবিখিনু ইনিংথৌ,
তাকপিরমখো ননাইদা
ইন্নাল করি লৈদুনা
ননাই ওইবী ঐহাকপু
থাপ্ল-কাওথোকপিরিবা?
(মখোঙ্ কোন্দুনা তুখি)

চীংথৈ— নঙ্গী নন্নাল নত্তেনে।
মপোক থীনা চীংথৈগী
অন্না' পুন্সি লমদাংদা
খোঙ্লোই ওইমিন্নবনা
নঙস্তু মৈচেন্নবনি।
চৌজিক নঙবু থাদোক্লে
ননীং তম্না হোঞ্জন্নো
'নৌবা ঈপাক অমদা।

য়াঙ্বী লৈমা— অডুগুম্বা নয়াথং
অমুক্তস্তু নঙনা
হৌজ-হৌজ কয়ারক

স্না নোংদম তম্বিবা
করি মতৌ কৌবগে?
ননাই ওইবী ঐহাকপু
চানবিয়ুনে ওনিংথৌ। ( মখোদো কোল্লি )

চীংখৈ— লৈমা নঙ্বু থাদোকউ।
নঙ্দি নিংথৌ মচানি
অফ-নুংঙাই-মরক্তা
হরাও-তরাম-লাংদুনা
মপোক্তু'মা লেনবনা
নঙ্গী করি রাগনি।
কনা য়েংবা উদ্রবী
ঐগী পীদোন্নুবীদি—

য়াঙ্বীলৈমা— ইনিংথৌ— !

চীংখৈ— ঐগী যাইফা ওইনবা
শূকপা ডমং রামংগী
শাহিং চাবা শা-রক্তা
মপারী'মা থাদা কোল
খাঙডমদ্রবা তাইবংগী
চাক্ল' মৈচাক পুম্ববু
মাঙ্গা মায়রোং য়াডুনা
নোক্ল-নোক্ল খাঙ্খিদো!

য়াঙ্বীলৈমা— অরাবরা মাডুবো!
মীত্তাংবনা অমম্বা,
লোম্লোক্তনা মীওইনা
ভাহ্জেনিংবা খাঙববু

 

নৌনা ৱাফম থোকপৱা!
মাসে মাগী মনাংনি।
উখোঙ্-ৱাখোঙ্ য়াৱেকপা
লুখাক চগুম খুনবসে
মিনাই মাগী মনাংনি।

চীংথৈ— ইয়া, কয়াদনোসে!

য়াঙ্বী— লোঙ্গা-লোস্থ্ৰ্ প্নতুনা
নাইনা লন্নাই তানবনি
মপু ঐনা তান্‌বনা
ইফোঙ্-ফোঙ্না তানবনি।
নিংথৌ মচা অমগী
নুংঙাইৱবা ইপুন্সি,
মিনাইনুবী মগাক্লুম
কোয়না কোয়লোং লোংত্তুনা
ঐদি মাঙ্বা ভমজরোই!

চীংথৈ— অচ্চা, মতোয়নরহে!
হায়গে হায়বা মতাগুম
অমুক্তস্থ নত্তনা—

য়াঙ্বীলৈমা - চামারক্ত্ম হায়খিনি।
লোয়া চনূ লোয়নুবী
চোগে নিঙেঙাল পিদোন্নু,
মাবু মিনাই নত্ৰবা?

চীংথৈ— অচ্চা! নঙ্গুন্বীনস্থ,
শিজরোহে ফত্ৰবী!

( মশম পায়তুনা লৈপাক্তা চিংথৈ )

য়াঙ্বীলৈমা— হাংতনদি শিৱরোই,

হাংলো ঐবু হাত্তোক্লো।

(মমাঙদা হোচ্চিল্লি)

চীংথৈ— চীনফেনফবী চীঙ্খীবী,

চথোক্‌খরো য়েংনিংদে।

য়াঙ্‌বীলৈম— হাংতে, ঐবু হাত্তোক্কে।

হাত্রবদি ইনিংথৌ,

লোংথোকপিযু হৌজিকমক

নাইন্নুবীগী শক্তমসে।

খোঙপাক্তনা কাওদুনা

উফুল মরাক চলহল্লু।

চিংথোক্লককউ নত্রগা

লৈমা শঙ্গাই ঈচুমদা

খোঙ্‌নেৎ খূদা ওইনগে।

চীংথৈ— অচচ্চা'

(হোচিচন্দুনা তোলোংখোম্বগী যাল্লিবা থাঙ্কোক পায়)

তোলোংখোম্বা— (খামদুনা) ভাইবিখোনে ইনিংথৌ।

নমা 'বেম্মা লৈমগী

মযাথংবু কাউবিত্রা।

চীংথৈ— ও'। ঐগী রাখল লাম্নে।

(পিদোন্নুগী শক্তম লাংলিনা শঙ মনুংদা চঙখি —ওকচীল্লাকপা লাকই। )

ওকচীল্লাকপা— ঐনা কোয়ন থিরকপা,

খোযুম তোলোংখোম্বগা

লাইরেম্মদি য়াঙবীগা;



অপুন্বীগা শোরেনগা
পুন্না লৈমিংরম্রে।
হা হা হা হা হা !

য়াঙবী— কয়া উশিংতবরা !
ঐবু করি ওইনা উই ?

ওকচীল্লাকপা— করি ওইনা উগানি
লাইনৌ তাবী অপুন্বী
লৈমা নুংশি অফৈবী।
নত্তে হায়গে হায়বরা !
হা হা হা হা হা !

তোলোংখোম্বা— থৌগল্লোম্না লপু-কৎ,
পংডাঙ ডাঙনু অঙম্বা।

ওকচীল্লাকপা— চিঙু থাংজিং শংশংবা
খোয়ুম তোলোংখোম্বরা
হা হা হা হা হা !
কোম্মায় ফক্কে ঙসিদি
চেনখিনুদো লাইয়ামশা।

(থাঙ্ শত্তুনা শংত্রিক য়েংলগা ঙাঙনা ঙাঙনা চঙশিল্লকই—তোলোংখোম্বসু থাঙশংলে)

ওকচীল্লাকপা— মশু লাক্লুবরবদি—
মপু চোংখোক্লক্লগা
অরা মৈনংনগনি
খঙদ-শাবা অপঙবা,
থাঙঙু, লেপ্লু ইমাঙদা।

তোলোংখোম্বা— নঙনা করি ঙমগনি,
নঙগী থাঙলেন্দুদনা
ককচিং য়োংনা শাবরা ?
ঐগী খুৎশূ অসিদি
লৈখোয়রহে শেন্দ্রাগী !

ওকচীল্লাকপা— নতীক ঙাক্লা তুক লেপ্লু
থাঙলু থাঙলু মীরাংচান !

(থাঙগা থাঙগা ঙাক্তংক য়ান্নরবদা ওকচীল্লাকপানা তোলোংগী থাঙ রৈথরগা মশম হেক পায়রদা)

য়াঙবীলৈবা— মিরেল পাবোৎ লোন্দোরে,
মিরেন পাবোৎ লোন্দোরে !
( চীংখৈ চেন্থোরকই—মথুৎ থাঙ্গৎতুনা )

চীংখৈ— অঙম্ব ! (থাম্মী ওকচীল্লাকপা লেপ্লী)
থোরম থৌদোক পূম্বনক
কনাই মরাল নত্তেনে।
নিংথৌ ঐগী ইরান্নি !
হাইগৎলিবা থাঙলেন্দু
লেপ্লা মাঙহল্লগনু
চঙশিল্লকউ অঙম্বা
ঐগী ঙকসি কক্লো-লাও !

(মথুউ লৈতানা মঙক তিংখত্তুনা লৈ ওকচীল চেনশিল্লক্কুনা)

ওকচীল্লাকপা— ননাই ওকচীল্লাকপগী
অয়োল অরাল ঙাকপিয়ু ( খুরুম্মী )

নিংথৌ কনাই হাক্তক্তা
করম্বদি মতমদা
চিঙু খোয়ুম কনানা
শংশং চোংথোক্লক্তুনা
মীবু চঙ্ফা ফাখ্রবা !
ননাই ওকচোল্লাকপগী
ইপূক খজিক নুংশিদা।

চীংখৈ— ঐস্থ লোইনা খঙিঙনে।
ওইথোক্তবা ঙাক্তনা
অওইববু শাম্ববা
চীংখৈ ঐগী পুন্সিনি।
কাওরববা অঙম্বা
ঐবু পোকপী ইমানা
নোংগায়রমদাই মতমদা
ইথূৎ থূজেঙ্ পায়দুনা
মাবু শিন্নরম্বদো। (রাখল হোংলক্লে)
লাইবকথীবী লুব্রাংলোন,
মথোক কাখৎরকপগী
নুংশি ঈহৌ ঈতিন্ন
ঈয়েৎননা চেন্দ্রবী,
কদায় য়াঙ্বী লৈমদে!

(য়েংথোকখিবদা ভুদুনা লৈরিবী য়াঙ্বী লৈমবু উরদুনা)

'কনবা নোংলৈ নুংশিৎনা
হুমথরবা উপানগুম

লৈ-দা লৈওনম্বিবু
হায়য় কৈদোরবগে
চৈহৎপিব্রা চীংখৈনা ?

( চিংখক্তুনা মথূৎ ওয়না লুখমদা য়েৎনা মখদাং পায়রগা )

চীংখৈ ঐগী চাক্কুবী
নুংশিরবী ইচন ও !

ওকচীল্লাকপা— ঈরোম্নুংগী লেম্লেনা
য়াবা ঙাঙ্গে তৌবদা
লাইজা মানা থিংখিগুম
ইবা কাঙবা য়াদরে,
ৱারোন্নুকো ইপাবু
ইপায় ইমোম পিদোন্নু ।

চীংখৈ— ( য়াঙবী লৈনা থাদোক্লগা )
পিদোন্নু !
য়েংলো লাওনে অঙম্বা ।

( ওকচীল্লাকপগী মথূৎ পায়দুনা চিংথ্রে য়াঙবী থানা য়েংলগা ফেৎ হাইদোক্তুনা চৎপ্রে—চীংখৈনা থোঙ হাংদোক্লগা ৱাখল হাইদোক্তুনা )

য়েংজো, ঐগী পিদোন্নু ।

ওকচীল্লাকপা— ( মুন্না য়েংলগা ) ইমোম — !
ইপায় ইমোম ইবেম্মা ! ( কপ্পী )

চীংখৈ— ঙকী ঈঙাঙ ইশেংনা
মাঙ্গা ঈরাচ্চরম্বী,
মপুরোইবা কম্নবা,
মতম্বাক্তা কোন্দুনা

খোম্লাং মায়য়োক্লম্বিবা
মুংশিরবা মচাবু
মথাদগী শেংলগা
লুরেল নৈদা কেনখিবী
চীংখৈ ঐগী পিদোন্নু !

ওকচীল্লাকপা— ওঃ — ! ওঃ — ! ( মমায় নৈথোকখি )

চীংখৈ— য়েংজো, মুন্না য়েংজোসে—
হয়াও-য়াকা নীনোক্লা
মায়থোং মকা লামজনা
মথংলেনগী ময়াথং
কিগাও শানা য়াম্বিনী,
চাংখৈ লাইবক চীংমায়দা
চাংখৈ ফিচুপ হুন্দুনা
তরু-তহেল ঙাল্লিবী
কোইরেন তম্ফা য়াইরংচান
য়েংজো, ঐগী পিদোন্নু ।

( ওকচীল্লাকপা ( কপ্পা কপ্পা ) য়েংজনীংদে, য়েংঙমদে ;
য়েংজরোই ঐ য়েংজরোই ।

চীংখৈ— কৈদোনবা য়েংঙগদে !
তাইবং থবায় কন্নবা
নোক্লা নোক্লা লেপ্পুনা
থম্মোয়গী ঈ শেংলবা
খূজোক খূজোক কৎখিবী
লাইরেম্বীবু য়েংনিংদে !

ওকচীল্লাকপা— য়েংজনীংদে, য়েংজলোই,

মপারী থাগোম্নদবী
পিদোম্নুগী শক্তমসে
ঐনা য়েংবা ঙমজদে।

চীংখৈ— মপারী থাগোম্নদবী!

ওকচীল্লাকপা— পোক্তবীগী শরৌনা —

চীংখৈ— পিদোম্নুনা পোকচবী
চীংখৈ ঐগী ইপারী,
মীরম্লেন্দা লৈত্রবা!
হা-হা-হা-হা! পোক্তবী,
অচ্চা! মমা পোক্তবী!

( হায়রদুনা হোচিচল্লক্তুনা ওকচীল্লাকপগী নাকন্দা য়াল্লিবা থাঙ্ শক্তুনা চেনশিনখি )।

ওকচীল্লাকপা— ইনিংথো! ( তান্নখি )

---

## ৪ শুবা উৎপা

মফম—কেগে খুন্দোল।

মতম—অয়ুক

(চোথে নিংথো মাগী খোঙলোয় লাম্মী ময়াম পুদুনা কেগে খুন্দোল য়ৌনা হূপথরক্লে—তাপাক অমমম পায়দুনা নিংথো, মনাই থৌবুবগা লোয়ননা ময়ামদগী হেনগৎলকই )

চোথেনিংথৌ— ঙসি পোলোই পীগনি,
মোইরাং থক-খা ওন্দুনা
ঙসি পোলোই পীগনি।
ত্তৌরগনি হৌজিকমক
পাক-চাউরবা তুরেল'মা
লোক্তাক খোঙসুং য়োনবা।
চেম্থহন্নি ঈতনা
ঈথক ঈপোম-চাউনকা
মীশাদগী শিন্থ্রকপা ;
লোক্তাক ইশা মাপন্মক
ঈগী ঈপাক ওইনবা।
অকনবা ঈগী ঈচেন্দা
ঙাড়োই লৈপাক অসিগী
মীগী মীশা মীকোক্লা
পরেং পরেং লেংদুনা
তাউথহন্নি ঈচেন্দা
লুপ্ফেৎ লুপ্ফেৎ তৌদুনা
লোক্তাক ঈমায় চোন্নবা।

থৌবুবা— নিংথৌ, অতুনিতনা
অকন-অথৌ হায়তনা।

চোথেনিংথৌ— লাইরেক্কনু তয়ুমশা!
শিননবা পোকপনি,
পোক্লনবা শিবনি।
শিকম থোক্লবনিনা
ইরৈবাকী ই-ঈগী
ইকায়থুম্ন' ঙাক্তুনা

নোক্না নোক্না শিদোকসি।
থূম্লক-লৈরক হাইজিল্লু
মশেল মথুম মুন্দুনা
মনাই মশল মত্তুনা
যুমথোঙ শীংনা যুমমৈ থাও।
ইশূই লম্মন খুম্নবা
চোংথোক্লকপা মীতুমা
নিংথৌ ঐগী লানবনি।

থৌবুবা— চোথে নিংথৌ নুংশিপা
কল্লিত্তকো নহাকসে।
নঙনা তায়পা খোংখোংপা
ঐনা লোইনা তৌপিনি।

চোথেনিংথৌ— চেকশিল্লুহে চোথেশা
মোইরাং লান্মী য়োরক্লে।

থৌবুবা— নখোয় পূমপা ফংথরো
পাকত্না পাকত্না উনিংতা
পত্রাক পত্রাক তাপিরো।

চোথেনিংথৌ - ঐগী ইকুন ফংবদা
নখোয় ইথ্বাই লোইনমক
হোক্তোক্লকদোবনি।
চংলু চংলো থৌবুবা,
নাম্নৈদুনা লোংলুচো।
লাঙ্গোই তোংবা অমথক
য়াঙনা লমথারক্লেহে।

(থৌবুবা পাকথদুনা চংখি—ভুকচীল্লাকপা লাকই)

ওকচীল্লাকপা— পাথৌ নিংথৌ অথোবা,
লোইবি হেনবা পাঙ্খোবা।

চোথেনিংথৌ — পাথৌ মোইরাং অঙম্বা,
ওকচীল্লাকপা পাঙ্গনবা!

(চেনশিন্নদুনা অনীমক কোম্নে)

পাথৌ পাথৌ চোংথোক্ল
ইতাও ইতাও য়াম্নবা
নোংজানিদো ঙসিসি।

ওকচীল্লাকপা— য়াম্নথোকসুঙাইদনা
করি থবক লৈবগে!

চোথেনিংথৌ— খুৎলায় পায়রো অঙম্বা।
অচুঙৈদি অথোবা,
নংবু পোকপা পম্থোদা
খুৎশূ খুৎলায় তম্লিঙৈ
পাথৌ ওকচীল্লাকপনা
লৈম-য়োন্দা পোকপনা
শরীৎ শরাৎ হেন্দুনা
ঐঙোন্দগী লাকচখি।

ওকচীল্লাকপা— ঙাস নোংজাসিদদি।

চোথেনিংথৌ— অমতংগী মৈচাক্না
মীগী পুন্সি অমবু
তাক্না তুম্না চাকঙম্বা,
শাথিরবা অহুমগী
মৈথৌ কনশিল্লকপনা
থমথো ওকচীল্লাকপদি
কেগে মোইরাং অপূম্বা

উংপূং ওইনা উথরে।
মীৎকৃপ'মগী মতমফাও
পন্থদুনা নৈঙমদ্রে
খুৎলায় পাম্বরো অঙম্বা।

ওকচীল্লাকপা— থরায় পোন্তা থাননা
শিঙনরিবা লানফম্বু
হৌনা লোঞ্চৎ থুগাইনা
হূয়ানবগী লান্নাদা
শোক্করসি হায়ব্রাহে।

চোথেনিংথৌ— লানগী চৎনা লোঞ্চত্তি
মায়গা মায়গা মায়য়োক্না
খুৎলায় খুৎলায় শিজীন্না
য়ানশিন-থিনজিন্নবনি।

ওকচীল্লাকপা— পাথৌ নিংথৌ নহাকসে
ওকচীল্লাকপৈ মফমদা
মায়থিদোরে খন্দুনা
মঙাও থীনা ঙাওরেকো।
অহানবদা চীনগী লাল
অকোনবদা খুৎলায়গী
লানগী হৌনা লোঞ্চৎনি।
লোয়থোকখিসি চীনগী লাল!
হায়য়ু করি মরমগী
কম্বী কমজাও হৌদুনা
নঙনা লান্দাম্বকপনো ?

চোথেনিংথৌ— কেগে নৈমা নিংথৌনা

অমুক্তস্ নস্তুনা
হৌজ হৌজ অহুন্নক
লোইরগু শিঙ্খোঙ ওইখিবা।
তালোয় মাগী মফমদা
ইমোম মাগী মকাদা
অসি খিবিক মথক্তা
ইশূ নৌরা অপিখক
য়োইরেম্বগী মথক্তা
অচচ্চা—! (রা ভাঙবা ওমদনা মশদাং চিক্তুনা
লৈখ্রে )

ওকচীল্লাকপা— নশূড়গী ওইর'দি
পেরাউনবা নমীস্তা
নপি চোন্না চনখিনু।

চোথেনিংথৌ— নস্তে, নস্তে নঙ্‌ননি।
"ইশূ নৌরা য়োইরেম্বা
ঐহাক লাংগোঞ্জহৌগে ;
পোক্তবীগী মখুদা
ইশূ শিন্নবিরুনু।"
ঐনা হায়বা মতমদা
নঙ্‌না য়াখিদবনা
পোক্তবীনা ইশূবু
মাঙ্‌হনখিবা নস্তরা !
হাৎনি, নঙবু হাৎকনি
তাপাকসীনা লেংদুনা
নঙ্‌গী য়াইবি লৌগনি।

ওকচীল্লাকপা— ঐহাকপুদি হাচ্চৌনে।

নশুংলাংগীদমক্তা
ঐগী পুন্সি খোঙ্‌চৎকী
হরাও-নুংঙাই পূম্নমক
ঙসি নোংজা অসিফাও
লোইনা পূমথা থারবা
ঐহাকপুদি হাংচ্চোনে।

চোথেনিংথৌ— ইশুংলাংগীদমক্তা
নঙ্‌গী পুন্সি খোঙ্‌চৎকী
হরাও নুংঙাই পূম্নমক
লোইনা পূমথা থারবা!

ওকচীল্লাকপা— থম্মোয় পানবা নহাক্তা
খঙ্‌জিন্নদ্রবস্তুকো,
তাজীন্দুবু খঙ্‌ঙনসি
লেংলো লাওনে থবাক্তা!

চোথেনিংথৌ— পাথৌ, 'বুঙ্‌ঙো চান্নবা।

ওকচীল্লাকপা— নঙ্‌গী তালোয় ওইখিবী,
খোমজোংনুবী কনানো?
ফনেক খোয়দোন শেংলিঙৈ
কুম্লং নাদা চিল্লিঙৈ
পিশক পিক্লিঙৈদগী
পানমিন-শিমিন্নসিকো
শরী পন্দোম্লোম্নবী,
নুজা মহাক নঙন্না।
নহাক ঐহাক অসিদি
হকচাং তোঙাল্লবস্থ

অমশুনি থব্রায়দি
ব্রাখল অসি খন্দুনা
চিংনজবা লৈতনা
লাপ্তোকখিবা নত্তরা ?

চোথেনিংথৌ— পাথৌ, লাল্লে ঐ লাল্লে।

ওকচীল্লাকপা— নুংশিরবা মরুপকী
ঈনা মিতমখরবী,
ব্রানা শেমগচ্চরগা
খাণ্ডুথক্তা কেমখিনী
ইপায় ইমোম পিদোন্নু—

চোপেনিংথৌ— ওক্লে, ওক্লে তোক্লোনে,
ঐ লাল্লেনে মরুপ্লোই।

ওকচীল্লাকপা— অদুক নুংশিজরবী,
ইমোম মানা পোক্লম্বা,
ইশূ বুংঙো য়োইরেম্বা ;
মহাক শিগ্রবদবু
তাইবংপানবা অসিদা
তাইবং চীঙ্গাক চাদুনা
হিংখিগদ্রা ঐহাক্না !

চোথেনিংথৌ— ( হরাওনা ) ঐগী ইশূ শিদরি ?

ওকচীল্লাকপা— মাঙ্‌খি তাখিদনবা
য়োৎকী শারঙ্‌ মনুংদা
পোরোল তরেৎ লোন্দুনা
চেৎনা লীরি মহাকপু।

চোথেনিংথৌ— মাবু নোংমা শোয়দনা।

ওকচীল্লাকপা— কংলা মেনগী ফম্বান্দা
ফমদেং লাংনা ফম্ফানবদা—

চোথেনিংথৌ — ঐনা উবা ফংজনি।

ওকচীল্লাকপা— ঐগী শরী নামুংনি।

( অনীমক মুন্না য়েংনরগা )

চোথেনিংথৌ— পাথৌ মোইরাং অঙম্বা!

ওকচীল্লাকপা— পাথৌ নিংথৌ অথৌবা!

চোথেনিংথৌ— ওকচীল্লাকপা পাঙ্গনবা!

ওকচীল্লাকপা— লোইবি হেনবা পান্থোবা!

( অনীমক নুংশিনা চেজেৎ কোম্নজে )।

---

## ৫ শুবা উংপা

**মফম**—পিদোন্নুগী শক্তম লাংক্তম।

**মতম**—নুমিদাংৱাইরম।

( থোঙ্শঙবা অমনা মরেঙ্বান্দা থাঙ্ অমা হাইগত্তুনা শঙ্লি স্নথোঙ্দগী — তোলোংখোম্বা, মনাই মুবনা ক্ষুং থংহুন ভাঙ্না ভাঙ্না লাকই। )

তোলোংখোম্বা—থৃঙ্গা তরাতরুক্কী
ৱায়েল থৃর্জী পায়হুনা
লৈঙাকপবু অসীরা!



করি তৌরি নিংথৌনা—

লৈঙাক্লোন্না লপ্ত-থম্
হৌনবীনা উনীংদা-হাপ
চংনবীনা কাঙ্খদা-লী,
মশাগীতা য়েংদুনা
মরন্নাইগী থবক্না
মকোকথক্তা থোংদুনা
পাংথোক্লিবা অসিবু
লৈপাক পুবা নিংথৌগী
তৌগদবা মথৌরা !
অচুম্ববু য়োক্তুনা
অরানববু নমদুনা,
খুঞ্জাও-লৈচাওননবা
মরা তপ্পা পান্নবা
হোৎনগেদি হায়দনা
করি ইনৎ নত্তবা
থবায় মিরেল য়াউদ্রবা
শক্তম অমা লাক্তুনা
ওন্ন-থোইনা খাঙ্লিবা
চীংখৈ নিংথৌ চাউমল্লি,
ননীং নখা তম্মল্লি।
খঙ্গনিদো শরীশো !
থম্মোয় নুংদা হৌরিবা
খাম্বি অসিমক্তনা
মাবু চাক্লে চাকথেক্লে ;
চাকথেক্তবা থোক্লগা

'সীমক্তনা চাক্তুনা
শিখ্রবসু শিখ্রগে।
পোলোই-খাম্বি হৌগংলু।

( লৈমকোন্দগী য়াঙ্বীলৈমা মশম মনা ইফা ফানা মখুত্তা নূংথঙ্ অমগা হৈজ্রাং অমগা পায়দুনা চেম্থোরকই। )

য়াঙ্বীলৈমা — মৈহৌরে, পোলোই খাম্বি মৈহৌরে।
লম্মনশিংবৈ মৈফমদা
মৈখু চেন্দ্র' মৈরীনা
ঙোঙ্-ঙোঙ্ খোঙ্না ঙংদুনা
নোংদোল পক্লা চাক্লক্লে।

তোলোংখোম্বা— তহা-তহা জগন্নু
খোখঙ্দবা তাইবংশা!
নীপা নুপী খাক্তনা
চাক্তোরিবা খাম্বিনি।

য়াঙ্বীলৈমা— ( ফাক-ফাক নোক্তুনা মুন্না য়েংলগা )
কনানো, নঙ্ কনানো!
পোলোই খাম্বি মৈমাঙ্দা
মায়থোং য়ানা লেপ্লিবা,
উংপূং ওইনিংবরহে।
চুম্নগী মৈ নত্তেদো
কুমজা কয়া চূপ্নবু
ওমচাক্লনা য়োক্লকপা
পোলোই খাম্বি মৈরীনি।

তোলোংখোম্বা—মানি, অচুম্বমক্নি,
পোলোই খাম্বি মৈরীনি।
কুমজা কয়া কয়াগী

মচাক হুঞ্জিন-হুঞ্জিন্ন
য়োক্লক্লবা থাম্বিনি।
মচাক খিবিক অদুনা
মকং ফনা কংহুনা
মৈচম ইকং ওইরগা
চাকখৎলকপা মৈরীবু
মূৎকদবা কনানো?

য়াঙ্বীলৈমা— চায়থোকচতৌ কান্নরোই,
ঐগী খোঙ্চৎ থিংজন্নু।
ইম্পুরোইবৈ পল্লেংদা
পন্দোম্লোম্না চাক্লবা,
মহাক অদো নত্তনা
মূৎপিনবা লৈত্রবা
থম্মোয় নুংগী মৈচাক্লি।

তোলোংখোম্বা— হা হা হা হা হা!
করি কান্নখিগনি
অচুম-অরান লৈত্রবা
খোঙ্খঙ্‌দবা মঙোন্দা
য়ুম্বাম্লোনগী চৎনলোল
"থংলেন নাক্তা লৈদুনা
মাঙ্গা য়াথং মাইরোং-য়া
তাল্লুম্বনা পাঙ্গবা"
লোনচৎ অসি ঙাক্তুনা
হিংলুদুনা কৈদৌনি।

য়াঙ্বীলৈমা— হায়য়ু অদু ওইর'দি

তোলোংখোম্বা—তাইবং লোনচৎ শুদ্রবা
মাঙ্গা তালোয় অনীমক
তাম্না তাম্থোক্লবনা
তাইয়োম্নবা তাইবংগী
মতীক মপা চাবনি।

য়াঙ্‌বীলৈমা— করি! তনবা কৈদৌবা।
মাবু থাদোকহৈদ্রবী
নুপী ঐনি খঙদ্রহৈ!

তোলোংখোম্বা—মাগী য়ুম্বাল ঙাকপদা
লৈপাক অমা মাঙদৌরি।
লৈপাক পানবা ঙম্নবা
ঙসি হায়বা নুমিৎসে
হোৎনবগী চাউহৌনি।
অরেম্বদা হাজনু
থৌখঙদবা তাইবংশা!
নত্র নয়াঙ কুমজনি।

য়াঙ্‌বীলৈমা - হ-হ-হ! শিল্লৈল্লোম্বা নহাক্তি
নুপীই লীচৎ খঙ্‌দ্রি-হা!
লৈপাক মাঙগে মাঙজস্নু
মাঙলোই তোক্কে তোকচস্নু।
ওইদবনা অওইশা
লেপ্তুবনা অরেপ্পা
নীং-মাং, থক-খা নাইদনা
লৈপাক্লগে পাঙ্গৌদো
পাল্লোই তোক্কে তোকচৌদো।

তোলোংখোম্বা—নুপী ওইবী নঙগীদি ?

য়াঙ্‌বীলৈমা— থংলেন মাবু থাহৈদে
মাঙ্গা নাক্তা লৈদুনা
খোংগঙ্গবা ফংলদি
তাইবং পানবা পুম্বনা
থূবাক থূনম ওন্দুনা
গুম-তৈনথ্রবসু
মাদুতনা 'রেপ্পনি।

তোলোংখোম্বা—অরেপ্পদু ফংনবা—

য়াঙ্‌বীলৈমা— য়েংজো—ঐগী নুংথঙ্‌গা (উংলি)
চীন্দুম্লবী হৈজ্রাংগা।
থাবোম ঈপোম ঈরোইন
চাক্কাদোবা থাঙ্গোংবু
ইথাদগী শেংখিবা
মহাক্তুবু থিন্নগা
নুংথঙ্‌সিনা থাদুনা
মচেং মচেং থুগাইনি।

তোলোংখোম্বা- খোঙচৎ অদু থিংলিবা।

য়াঙবীলৈমা— নীপা নুপী অদুদি
ঐগী হৈজ্রাং অসিনা
থুম্ব-থুম্ব থিল্লগা
মথবাক্তী ঈভাঙদো
খুজোক খুজোক থক্কনি।
হিংচাবীনি ঐহাকসে,
মীহিংচানি, মীহিংচা !

ঈগী ঈথৌ লাংলবা,
পাম্বা কৈরেল অমোম্মি।
ঈ! ঈ! তাইবংমীগী ঈ!
ফোঙ্ ফোঙ্ শানা শিন্ত্রকপা
তাইবং মীগী ঈঙাঙ্না
চাইথ ঈপাল্লাংননি।
হা হা হা হা হা!

(খাক্লা খাক্লা নোক্তুনা হৈকোন মনুংদা চঙ্খি—তোলোং মঙক লোমদুনা লৈহৌই ঙাইহাক লৈরগা চীংখৈ লৈগী য়েন্দায় অমা পায়দুনা লাকই তোলোং থুরম্লগা)

তোলোংখোম্বা— লৈপাক ইখ্বাই চঙদুনা
লাউজখিবা খোল্লাউদো
য়াবিরম্নোই হায়রব্রা?
য়াবিফমদি থোকপোইনা?

চীংখৈ— য়াথং য়াবা নহাক্লা
থৌদা পীরম্বিবরা?

তোলোংখোম্বা—চুম্বরদো ইনিংথৌ!
মচা 'বেম্মা লুৱাংলোন,
মোইরাংগীনা লৈমরেল
অসীগুম্বী অমবু
মরাল ইরৈ লৈতনা
থাম্লা কাওথোকপিবদি
স্না পূক্লিং থোয়মল্লি।

চীংখৈ— হা-হা-হা, তোলোংখোম্বা!
মনীং মথা তম্লবা
ননিংথৌনি খংদ্রহে?

তোলোংখেম্বা—মনীংতম্বা নিংথৌগী
মনীং মথা তম্বদা
কায়রিবশিং অসিদি
থঙ্‌বিন্দ্রবা লৈমাবা ?
চাংখৈ— করি কায়রে অঙম্বা ?
তোলোংখোম্বা—লৈপাক ঙাক্কে নিংথৌনা,
রায়েল পাথাপ লৈতরে।
চান্দ-চানবা মনাইনা
রায়েল খুর্জী পায়খরে।
চীমফেল ক্ষবা অঙম্বা
শেনগাও মবুক চেংম্নরে।
অচুম অরাল খায়খিদ্রে।
চাংখৈ— মখা হায়থৌ তাখিসি !
তোলোংখোম্বা—অরুবনা তাইদা চেল
অনৈবনা য়াইদা চল
কাঙ্‌থোঙ-পুথোঙ-চাদ্রিংসে
অচুম অরাল য়াক্তৌবা
লৈ-ঙাক্লিবা নিংথৌনা
লৈথোকপনা নরুদো।
চাংখৈ— তুমীন লৈয়ু তানীংদে,
রারু-মুংজু থোক্লবা
ইঙ্কক ঙাচক শাজনু।
মীঙাল, মীথুম চাদুনা
নপুনতা পান্দৌবা
তাংজহৈবা নহাক্লি।
নদোম থাকপা লাংলুংদা

লাংভোল'দুমা লোমজনি ।
ময়াগংদা তা-বদা
শিবা-চঙ্বা নোংদোম্বা
নিংথৌনিনে ঐহাকসে ।

তোলোংখোম্বা—অদুগুম্বা নিংথৌদো
মহৌ ময়াঙ্গী চমথরে !
লীক্লাই মচেৎ ওইথরে ;
তাইবং কাঙলোল শুদ্রিবা
অঙাঙ্ নৌবা-গুমথরে ।

চাংখৈ— তোলোংখোম্বা !

তোলোংখোম্বা—হৌনব্রদো ইনিংথৌ !
লীখোঙ্ য়েঙিঙ শেংদ্রবী
মুজা মাগীদমক্তা
লুবাংলোনদি লৈমাবু
হন্না ফাওবা য়েংদবা ;
লৈভোইগুম্বা কূপ্লবা
লৈঙাক্লোনবু থাদোকপা
হৌনবম্বা অসিবো !

চাংখৈ— নঙ্গী করি নশিল লৈ ?

তোলোংখোম্বা—লৈশেম-থুনশেম-পানা-য়াৎ
অঙম অথৌ লিংহুনা
ফম্মাল ফল্লেন লিংলিবা
করি থোগীদমক্লো ?
ফম্বাল্লেনগী নিংথৌগী
মনীং মথা তম্বদা

অথৌ শঙ্‌নবগীম্বা ?
নত্তে, মাদু থক নত্তে।
খ্বাইগী য়াইফ ওইরবা
হৌন লীচৎ চৎনরোল
অহে-অশিং পাঙ্গল-অল্‌
চাউখৎনবা শিনবদা
লৈপাক খ্বাইগী থোদাখু
য়ানবগীদমক্তা
ফম্বাল খুদা য়াবনি।

চাংখৈ— তুমিন লৈয়ু তানীংদে।

তোলোংখোম্বা —তাদফদে তাবিথো—
লৈপাক পান্নবগী
নিংথৌ পান্নরিবনি,
নিংথৌ পান্নবগী
লৈপাক লিংবা নত্তেনে।
কেগে নিংথৌ চাউমল্লি
ননীং নথা তমল্লি।

চাংখৈ – হা হা হা হা হা!
লৈখা খোনবা তাউবনা
অরাক্পনা খোংদুনা
কৈরেল মাঙদা খোশারি!
খোল্লাও কনবা হংডোইনা
চাকহেন ঙাকপা তাঙজগী
চফম ওইমৈ হায়বদি
অপঙ্‌ নঙদি থঙদ্রিব্রা ?

তোলোংখোম্বা—হা হা হা হা হা হা !
মীনা মথৈ ফংলগা
ইকায় থাওদৈ শাউরকই ;
লাইনা মথৈ ফংলগা
পেনবী হায়বা অসিদি
'সি ওইরেকো তাইবংপান !
( ফাক ফাক নোকই )

চীংথৈ— হায় হৌনা লোনচৎ খঙদবা !
লৈবিরনু, চৎপিগ্রো !
ইয়ুম কেগে মোইরাংদা
নঙদা লৈবিরগনু
শানি নঙ্ লম্লক্কী শা !
মপু মশক খঙদবা
শাপোঙ্গী নঙবু য়োক্তুনা
করি কান্নখিগনি।
নহাক অমা মাঙবদি
লোক্তাক পেন্ত্রাক ইপাক্তা
থরোই অমা মাবনি।
লৈবিরনু—চৎপিগ্রো !

তোলোংখোম্বা—লৈরোই ঐহাক লৈররোই
ননীং নখা তম্লবা
মশাগীদা য়েংলবা
লৈপাকসিদা লৈররোয়।
য়েংজো ঐগী খৃৎশূ থাঙ।

( থাঙ শংলি - উবদা থোঙশঙবা চেনশিল্লক্তুনা নিংথৌগী থৌগল তৌরে )

চাঁংখৈ— করি তৌবা ঙমগনি ?

তোলোংখোম্বা—ইপা থাঙদি চীন্নাইবা
ইপু থাঙদি য়ানাইবা
য়েক্লবগী লুত্তেম থাঙ
মাসিতগী মপান্না
মরৈবাক্কী নিংথোবু
খোয়ুম্মক্কি খন্দুনা
শোয়দনবা শেল্লম্বা ;
মাগী 'থোবা ময়াদা
য়েক্লা ঈথেং কণ্ডুনা
ইপাম লমদম মোইরাংবু
পোইরৈ সনা মপুংদা
ওঙ্কহল্লম্বা লৈময়োল !
অসিগুম্বা থুংশুগাঙ
অসিগুম্বা ইপাম্বোম
ঙসিদগী গৌদুনা
ইরন্নাইগী ওঙ্কজরে ।
ঙসি নোংজাসিদগী
চাংখৈ নিংথৌ অমদি
তোলোংখোম্বে মরক্তা
খল্লবনি থাঙসিনা ।

( হায়দুনা থাঙলেন ময়া চাক্লগা ফাক ফাক নোক্তুনা চৎখি —চাঁঙ্খৈসু নোক্তুনা লৈহোই—থোঙশঙবা হান্নগী মফমদা হনখি —চাংখৈ হৈ-লৈ খরা তেক্লগা চৎখি—য়াঙবীলৈমা হৈকোন্দগী চেম্বোক্লকই)

য়াঙবীলৈমা— থিংগদবা কনানো !
পোলোই থাম্বী মৈচাকপো।
মৈৰম তৰানিথোইনা
ঙোঙ ঙোঙ খোংনা চাক্লবা
পোলোই পীবা থাম্বীবু
থিংগদবা কনানো
চায়থোকচকৌ থিংজনু।
(কম্মা চেনশিল্লকই থোঙশঙবনা থৎলি)
থোঙশঙবা— কৈদা লেংদৌরিবনো ?
য়াঙবীলৈমা— হা হা হা হা ! থোঙশঙবা !
পিক্ল' মৈৰাল নঙনস্ত
পোলোই থাম্বি মৈমাঙদা !
চায়থোকচকৌ কান্নবোই,
য়াইবি মাঙনিংদ্রবদি
ঐগী খোঙচৎ থিংজনু।
থোঙশঙবা— লেঙেঙো লেঙেঙো কান্নবোই,
কেগে নিংথৌ নত্তনা,
তুমীৎ মৈৰান তীন ফাওবা
চঙহন্দ্ৰবা মক্কম্বি।
য়াঙবীলৈমা— অচচ্চা !
থুয়া লোইগী ইনাই ফাও
ঐবু উশিৎখিদ্রবা !
চথোকচহৌ নত্ৰ'দি
লুৰেল লৈদা কেঞ্জনি।
থোঙশঙবা— কান্নবোইদা ইবেম্মা।
মথৌ হিক্কোক হৈদ্রবা

থৌশিন্নবা লাল্লোইনি।
মথৌ ভাক্ক চংপদা
মপা-মমা-মচা ফাও
হাত্তোকপবু ভন্নবা
থৌরোইনবা লাম্মীনি।
লেংথোক্লোনে ইবেম্মা।

য়াঙ্‌বীলৈমা— অচচ্চা!
নাইগী নাইথাং ওইন্নবা
খোঙ্‌বী খোঙ নাউ-লাম্মী ফাও
মথক থোংবা খঙ্‌দ্রবা!
লৈপাক্কীদি অবেম্মা
য়াঙ্‌বী লৈমায় য়াথংবু
লৈ-দা ভাহল্লবকো!

খোঙ্‌শঙবা— মপুয় য়াথং ভাকপদা
লৈমরেন্দি থম্বিখো,
থক্তা লৈবা শোয়ারেল
খাদা লৈবা খোঙভারেল
খোয়ুম হুপ্না লাক্ল-ফাও
মায়রোং য়ানা লেপ্তৌবা
লাম্মীনিনে ইবেম্মা।

য়াঙ্‌বীলৈমা— লৈপ্পু অদু ওইরদি
হৈজ্রাং সিনা থিন্দুনা
নঙ্গী য়াইবি লৌবিগে।
(হৈজ্রাং চিঙ্‌দুনা হোচ্চিল্লকই)

গোঙ্‌শঙ্‌বা— লৈ-ঙাক্লিবা মপুগী
য়াথং মাবু হিক্লোকপা
তাইবং তাইননবা
রেংজো নিংঙাই চাউবা-শা
মপুনদি পীনবা
লাম্মী ঐগী বাখৈ থাঙ্‌ !

( থাঙ্‌শাং উৎলি, ফাক ফাক্ল নোক্লুনা লৈ )

য়াঙ্‌বীলৈমা— লাম্মী নঙগী বাখৈ থাঙ্‌ ! (ফাক ফাক নোকই)
খোঙ্‌মী নঙ্‌গী থাঙ্‌লেনবু
লৈমা ঐনা কিগদ্রা !

থোঙ্‌শঙ্‌বা— কিরোংদবা কনানো !
মাবু লোয়বা মপুগী
ময়াথংবু ঙাকপদা
অপীকপদা তৌবগুম
অচৌবদা মতৌবা
লল্লোই থাঙলেন অনীনা
পক্লরিবৈ মতমদা
থাঙ্‌গদবা কনানো !

য়াঙ্‌বীলৈমা— থাঙ্‌গদবা ঐহাক্কি
লেপকদবা তুক লেপ্পু ।
থাঙবু নীপা থোক্লগা ।

( হায়তুনা মখূত্তা পায়বা হৈজ্ঞাং কন্না লংশিল্লকই । থোঙ্‌শঙ্‌বনা চিঙ্গোইনা ঙাকই । ফাক ফাক নোক্লুনা য়াঙবী লৈমা তম্না তপ্না তপ্না হোচিল্লকই য়াঙবীলৈমানা ইহুল পী লোক্লুনা

লৈরিবা মনাইময়াম চেন্থোরক্লুনা থোঙ্‌শঙবগী মনমদা থাঙনা থিল্লী। থোঙশঙবা তুথখি। য়াঙবী ফাক-ফাক নোকই মাগী হৈজ্রাং লৌথংলি নোক্লুনা চেনশিনখি মনাইশিংনা থোঙশঙবা চিংতুনা পুখি। মনুংদা য়াঙবী লৈমা থাক্ল থাক্ল নোক্লক্লে )

য়াঙবীলৈমা— মিনাইনুবী, শকথীবী ;
মবাঙ্গীকনবী লোয়নুবী।
হা হা হা হা হা !

( নোক্লুনা নুংথঙনা শক্তম থুগাই। থাবগী অতুগা নিংথাইবগী মথোল নোকপগী থোঞ্জেনগা ঈরোইনরকই। )

য়াঙবীলৈমা— লুরেল !
মিনাইনুবীগী লুরেল
হৌজিক ফাওবা কায়দরি।
তিল্লাইখোম্বী তাবগুম
থোঙপাক 'সিনা তাগনি।
হা হা হা হা হা !

( থোঙপাক্ল তাই-মশম মনা ইফা ফানা অকিবগী শক্তম লৌতুনা চেন্থোকরকই। শোর মপী হৌল্লি মথুং য়েৎনা হৈজ্রাং পায়। খে-তৈবা হোরাই অমদা হৈ-লৈগী অথেমপোৎ হাপ্তুনা মথুৎনা পায়তুনা পুরকপা চীংথৈগা লম্মখাঙ্‌দা থেংনরে )

য়াঙ্‌বীলৈমা— কদাইদনো জেংলিবা ? ( হৈজ্রাং উত্তুনা )

ঈগী ঈখৌ লাংলবী
তাইবং থবাক পাম্লবী
ঐগী হৈজ্রাং চীনদূম্বী।

চীংখৈ— তাইবং থবাক পাম্লবী,
নঙ্গী হৈজ্রাং চীনদূম্বী!
য়েংনিংবরা নহাকপো
থম্োয়মুংদা লাৎলিবী
মীওই-পোক্কী লাইরেম্বী,
পিদোম্নগী শক্তমসে।

য়াঙবীলৈমা— য়েংজনীংদে, তাজরোই
মাগী মশক, মপাউখোল

চীংখৈ— চীনদূম্লবী হৈজ্রাংনা
ফাত্তোক্ল'দি থম্োয়সে
তশেং তশেং উগনি
মাগী শক্তম চঞ্জোনবী;
ঈরম খোংলম শুইরিবা
শিংলি-পাফন শীল্লবা
হকচাং কায়াৎ শীন্থুংনা
থম্মোয়দগী চেনথ্‌কপা
ঈগী ঈহুল ঈরোইনা
মতম চুপ্পা মিহুন্না
মাগী মিংথৈ শোল্লিবা;
তুখোঙ্ খুদিং শীন্থুংনা
সনা ঈরী ঈশেংনা
ময়েক্ লানা ইরিবা
মাগী মিংথৈ মুংশিবী!

য়াঙবীলৈমা— ত্যাজনিংদরে, ওকচয়ে।
হৈজ্রাং অসি লৌবিয়ু
ঐগী ফীরাক খায়বিয়ু (পি চীংথৈনা হুন্দোকখি)
কঞ্জি লৈ'গে য়েংবিয়ু।
থম্মোয় কোন্দা কোল্লিবা
নঙগী শক্তম মীচচ্‌বা,
ময়েক লানা উবিনি।

চীংথৈ— অরেম্বনি ইচন ঙ!
মাগী থম্মোয়স্নুংদগী
ঐগী শক্লেন মিরেনবু
শেৎকদবা কনানো?
কোক্লাইদ্রবা মচুগুম
শঙগ্রবনি মহাকী
লুর-লংল থম্মোয়দা।
ইচন নঙবু য়েংঙ্লে—
ইনুং মমৈ য়াইরবা
নোংঙাল নোংপোক চীংমায়দা
মঙাল-ঙান্থাং-য়ৌরিবা;
সনা ঈরা-তৈরবা
শংবাম্নবা মিংশেন্দা
ফিত্তুপ অত্তম শক্তম্বা
মথম্মোয়দা চুথ্রবা
অসীগুম্বা মিরেনবু
শেৎকদবা কনানো?

য়াঙবীলৈমা— ঐনা কঞ্জি ওইরগা
ইনিংথৌনা পেনবিনি?

চীংখৈ— ঐনা নঙবু পেনগনি
পান্নফমগী তাইবংদা
খোয়দাজবা অমগা
পান্ন-পৱৈ লাক্লনা
খোঙদামিন্নরবদি ।

য়াঙবীলৈমা— (শাওনা)—ইনিংথৌ !

চীংখৈ— উন্থোক্কনি নঙোন্দা
ইপান্নমদম মোইরাংগী
কংলা মেনগী ফম্বানসে ।

য়াঙবীলৈমা— খোয়দো অসি শীক্লবা
য়াঙাঙশিংসে তাদুনা
ঐহাক হিংবা ওল্লক্কে ।

চীংখৈ— ঐনা নঙবু নীংবদি
নঙগী য়াইফ ওইনবা
ঐবু নঙনা হাংলফাও
শম্না মফৈ অম-ফাও
ঐনা নঙবু শাউরোইদো ।
অদুবুনে ইচম ও !
ঐগী পিদোন্নবীবু
থীনা তৌবা অড্দি
ঐহাক খাঙবা ওমদেদো ।
মসীমদি খঙঙ্কো ।

(মখোঙ থাঙিও - য়াঙবীলৈমনা থংলি)

য়াঙবীলৈমা— লেংবিখিন্নু ইনিংথৌ
মচেৎ মচেৎ তৌইরবা

মাগী শক্তম উরগা
থম্মোয় লাইয়ুম কায়গনি।

চীংখৈ— কনায় শক্তম উরগা ?

য়াঙবীলৈমা — মীনাইনুবী পিদোনগী।

চীংখৈ— অচচ্চা ! য়াঙবীলৈমা !

য়াঙবীলৈমা— ৰাশক ঙাক্লে ঐহাক্কী
শিরবস্থু শাফরে।
কোরৌথক্তা কাখ্ৰা
ইপা ইপু পূন্নমক
লৈ-না জগোয় শাগৎলো।
য়াঙ্গীওইরবা নুংগঙনা
নাইনুবীগী শক্তমদো
মচেৎ মচেৎ থুগাইরে।

চীংখৈ— (ফিংনা) থোঙশঙবা ?

য়াঙবীলৈমা— থোঙদা কনবা থোঙশঙবা
থোঙগাক য়েংখ্রে মহাক্তো।

চীংখৈ— লাও লাওনেহে মীনুংশাঙ !

( মশম পায়দুনা চিংখ্ৰে—অকায়বা শক্তম উরে )

মাঙলে মাঙলে, পিদোন্নু
করি মতৌ কৌবগে।

য়াঙবীলৈমা— পেল্লে, পেল্লে নুংঙাইরে,
ঐগী ৰাশক ঙাকচরে।

চীংখৈ— লুৰাঙচনু হিংচাবী
মহূ চাউবী মীহাৎপী।

(কন্না ইল্লি—য়াঙবীলৈমা তুখি)

য়াঙবীলৈমা — মানি ঐগাক হিংচাবী
মহূ চাউবী মীহাৎপী।
অদুবুনে ঠনিংথো
ঐগী ইপুরোইববু
ইতোমতগী ওইনিংবা
চেৎনা পায়নিংবদগী
পূম্নমকসে থোকপনি!

চৌংখৈ— নহাক নতোম্মতগী
ওইজনিংঙি হায়দুনা
কোয়ৌ থক্তা থোক্লিবা
কোইরেন তম্ফা নুমিৎ-থা
নথূক্তুনা লামদুনা
হেক্তোক্লুবা ঙম্লাহে। (কোদুনা)
নিংথৌ শেনবা কনা লৈ?
(নিংথৌ শেনবা অহুম মরি চেল্লকই)
চৎলো, মাসি পুশিনখ্রো!
খৃৎলায় পায়বা লাম্মীনা
মরোল তরা কোয়দুনা
খোঙথাং খৃবৈ অমা-ফাও
চখোকহনবা তৌদনা
লৈমাকোন্দা থম্মুচো।
(য়াঙবলৈমবু পূমকোয় কোয়শিল্লি)
ফারো ফারো ইনিংথৌ

য়াঙবীলৈমা — পীবা চৈরাক পূম্নমক
নোক্লা নোক্লা থাঙজিন্নি।
মাগী মতিঙ মথৱায়

মশিংখাদা নপ্লবী
লুৱাঙচনু য়াঙ্বীনা
করি শক্কম লৌরকপা
করি শক্রোন পুরকপা
য়েংবিয়্নদো ইনিংগৌ।
হা হা হা হা হা!

চীংখৈ— চৎলো, মাবু পুশিনখ্রে। (পুখি)

---

## অনীশুবা তাঙ্কক

### চহী তরাগঙা শুরবদা

### ১বা উৎপা

### রাঙণু হাওজক পাৎয়া।

**মফম**—হৈবোঙ মখোঙ

**মতম**—নুমিৎ উখোঙ য়ৌবা মতম

(খুনগী চাকচা হৈজানবা নুমিৎ ওইবনা পাৎ অসিদা কুমদুনা নিঙেঙাল পাখঙ ময়াম ঙাফারি—কনা কনাগুম্বনা ইশৈ শক্করকই।

### ইশৈ

১

লীরি শীৎপা মাঙ্গংবা
ইনুং লৌচিল লোকখরে।
কোরৌ ফিগে নমথাংনা
মালেম নাওয়োম্নরক্লে।

২

ইন্নুং ব্রানা খাঙম্বা
চাংজাও খোইমু য়কায়রে।
লাক্লা ঈব্রাইরম্বী,
লৈরাং লৈকা ফল্লক্লে।

৩

ঈকং থাগী তুরেন্না
ঈচেল তচচা-নরশ্মি
ঈপাল থানা লাক্লগা
চাংজো পানা মচেল্লি।

৪

ব্রারে ব্রানা কপফদে
য়াইফ-ময়াঈ কাফদে
অমম-অঙাল খোঙলোই ওই
পান্দম পাংবা তাইবংনে।

( ইশৈ অসিনা লোইরবদা নুংশা থবেৎ থবেৎ হোন্দুনা নীপা মচা অমা তুংহন্ননা য়েংল-য়েংলদুনা চেল্লকই )

নীপামচা— ইমাইপেম্মা! করম্নো!
এঃ! এঃ! হকৃথেঙ্‌নখ্রে!
শোয়বা তারে!
শোয়বা তারে করম্নো!
ইস্‌ — কয়া চাউথ্রবা!
ইহে-হে, নম্মখ্রে!
হকথেঙ ননা নম্মখ্রে!
হে-ইপলম্ভো হো ইপল! ( চেনখি )

( উরক্তগী ফাক ফাক নোক্লকই — হায়রকই "খঙ্‌ত্রদো" । ঙাইহাক লৈরগা মশা পূম্নমক হুমাংনা পূমচোৎ চোত্তুনা ঈ তৈবা থাঙজো অমা শেগ্রাক্তা য়েঙ্খুনা কৈ মচা অমা কোন্দুনা য়োইরেম্বা লাকই । নুংশিনা য়েঙ্ঙ শীৎ শীৎ নানবি — হৈবোঙ্‌ মখোঙ্‌দা ফমথৈ ! মখোঙ্‌ মনা পায়দুনা শান্নবি । তোনদাং লাকই ) ।

তোনদাং— য়োইরেম্বা নৎ কৈদৌরি
কৈরোই নমান্নবনা
চাকচা-হৈজাননবগী
ঙাথিবসু য়াওদনা
ফমদেঙ্‌ লাংলিবসিবো ।
য়েঙ্ঙুনেহে শুরেনে
হায়নবীশিং পুল্লেনে
খুম্বক্তগী থোল্লীনে
খুনয়াইদগী য়াইবীনে
খুন্দোনগীনা তোন্দোল,
হা ইবেম্মা-ইবেম্মা ।
খোংতা-খোংপী খোংনুসু
পেংত পেংপী পেংনুম্ব
নৌদ-নৌবী হেনৌবী ;
মমায় নৌবী মায়নৌবী
লোইনা শুরেনেহে ইবো ।

য়োইরেম্বা— (থৌওইনা তাদে )
আ — আ — নুংঙাইব্রা ?
ঐনা নানবা নুংঙাইব্রা ?

তোন্দাং — মীনা হায়'দি খোঁশাদে ;
কদায়দগীনো ইবো
য়ুম্নৈমা'মচা অদুদে ?

য়োইরেম্বা— পাম্বা মচানিনেহে !

তোন্দাং— করি ! পাম্বা মচানে ? ( য়েঙিঙ )
ঈমা মানিনেহে !

য়োইরেম্বা— কয়া নুংশিরিবনো
মীহিংচানি হায়দেদো
নৌরিবৈগী মতমদি
লোইনা ইনুং-মনুংশি।

তোন্দাং — থাদোকপিখ্রো হায়বনি।
মপী চেন্থোরক্লুনা
নঙ্দি লাইরি ঐহাক্লুম
ইমৈ ইকোক খঙেঙাইকো।

য়োইরেম্বা— মপী লৈত্রে কিগনু।

তোন্দাং— কৈদা চৎখ্রে অদুদে ?

য়োইরেম্বা— ঐনা হাক্তোকখরবা।

তোন্দাং— পাম্বা মপী অদুবো ?

য়োইরেম্বা— হোয়নে। আ-তো আদৈসে।

তোন্দোং— অং-অং, আদা শিরেনে।
য়েঙ্‌সি লাও, হৌগৎলু।

( চিংডুনা পুখি—নীপামচাগা তোলোম্বগা লাকই )

তোলোম্বা— কদায়-কদায়রাইনো ?

নীপামচা— তোতো আদগীসিদা।
শাইব-তিংখং মপানগা

হম্বুগনা মংলিবা,
খিকউ মপাল শাৎলি'সে।

তোলোম্বা— পাম্বা শালোৎক্ষমসিদা ?

নীপামচা— উম্-উম, মাসিমক্তনি।
পাম্বনা হৌ চোঙিঙ—
'য়াম্বনা ফন্ চোংশিল্লি।
হকথেংননা হেক্ নম্নে !

তোলোম্বা— মাঙ্লেদনা ইচাদে—
ইপায়'বুংঙো, য়োইরেম্বা !
কৌবা তানা ইপানা
খুম্লকউবা ইবুংঙো। (চঙ্গে তৌই)

নীপামচা— (খামদুনা) ঙাইখো, ইপল চঙ্খিন্নু।
পাম্বা হিংলম্লবদি
ইপল খুদোংথীগনি।
খুনগী মীয়াম কৌথিসি।

তোলোম্বা— ইচা মাগী কাদদি
পাম্বা মাদি হায়রুন্নু
মৈ-ঈশিং-নুংশিৎ-ফাও
কিবিদ্রবা মপানি ! (চৎকে তৌই)

নীপামচা— ঙাইখো ইপল, লাক্লেনে। (খাম্মী)

তোলোম্বা— (হরাওনা নোকচদুনা)
লাক্লে আদা লাক্লেসে ! (কৌদুনা)
পান্নী তম্ফা য়োইরেম্বা !

(তোন্দাংগা য়োইরেম্বগা চেনশিল্লকই—য়োইরেম্বনা পাম্বা লেংথোংনরকই।)

যোইরেম্বা— পম্মো, ঐনা শা হাৎলে !

তোলোম্বা— ( যোইরেম্বদা য়েংদুনা )
নঙ্—নঙ্ ! মতোয়নরহে !
ননম তৎনিংব্রনেহে !

যোইরেম্বা— পম্মো অপোকপা। ( লুকথৈ )

তোলোম্বা— নুংখিন্দনা নুমিৎওই
ইনুংদনা থাজ·শক
থমজরিবা নহাক্কি।
চীংদা কানা শিঙজনবা
কনায় পূকথিনখোম্নোহে !

যোইরেম্বা— পম্মো
নচায় ইরাল ঙাকপিয়ু।

তোলোম্বা— লাওনে, চংশিল্লফউনে।
(চেজেৎ কোনশিনবী)
নহাক্কদি পাঙ্গল্লে
শাফানরে হরাওরি।
নপা ঐনা ৱারি'দি—
শোয়খিনিকো খনবদা
তূমিৎ মচা অমা-ফাও
লানবা হন্নিংদ্রিবনি !

( ওকচীল্লাকপা লাকই )

**ওকচীল্লাকপা—** নপা নচা অনীদি
'সীদা কৈদোরম্লিবা ? ( ময়াম খুরুম্মী )

যোইরেম্বা— ইধৌ, ঐনা হৌজিক্তা
পাম্বা অমা হাক্তোক্লে।

ওকচীল্লাকপা— ইপুই-বুংঙো কমদৌনা ?

য়োইরেম্বা— শিঙ্ জল্লিবৈ ঙংলকপা
অদুদা হেক হান্তোকপা।
মচা অসী মুলহোবা !

ওকচীল্লাকপা— থাদোকপিল্লো মচাদু !
নপুন্সিগা পাংথকপা
পাম্বা কৈরেল মচানি !
পাম্বা মাগুম শারাক্-ফ
কৈরেল মাগুম ইচং-থৌ
পাগী পারেপ ফংননা
পুগী পুরেপ তান্নবা
মনিং তম্না থাদোকখ্রো।

য়োইরেম্বা— ইধৌ ! (চৎখি—তোন্দাং নীপামচা ভুংইনখি)

তোলোম্বা— মাবু শিন্থা পীদুনা
শিঙজনহনবা নচ্চদে।
লোন্না চেল্লম্লিবনি।

ওকচীল্লাকপা— মদুইদমক ঐ শাওদে
নহাক ঐহাক চঙদুনা
শাথোং লাম্থোং তম্বীরক
মতীক চারে থনবদা
হরাওবনি তোলোম্বা।
অরা অনা খঙদনা
নবুকখোঙ্গী নচাগুম
য়োকচরকপৈ মহৈদি
চারনিদো তোলোম্বা।

মুংঙাইরেদো পেল্লেদো
পুখৎলসি মহাকপু।

তোলোম্বা— কুমজা অমতংদদি
মাবু লাঙ্গোঞ্জখিগে
চানবিয়ুবা অঙম্বা।

ওকচীল্লাকপা— কাওরবরা তোলোম্বা
ঈথাই চীংগী চীংজিন্দা
মীহাৎপগী খুত্তগী
নঙনা মাবু মুন্দুনা
চীঙ্গোল কোইনা চেল্লিরৈঙে
ঐনা নঙবু থেংনখি।
মতম'দুদা লেপ্লখি—
"কুমজা তরা মঙানা
মপূং ফাবা মতমদা
লৈময়োন্দা পুডুনা
লৈপাক মাঙদা ফোংদোকপা
মতম অসি য়ৌদ্রিফাও
ঐনা চাকথাক হুনগনি
নঙনা মাবু কোনগনি।
নিংথৌ মচা অমনা
খঙবা হৈবা য়াবা'দুক
নহাক ঐহাক চংডুনা
শাথোং লাম্থোং তম্বিনি"
অসি নত্ত্রা তোলোম্বা?

তোলোম্বা— মানি, মানি অঙাম্বা
মদুগীনি ননাইনা

ইয়ুম ঈগাই থাত্নুনা
মফমসীদা থৈরকপা।
মাগী মায়গোঙ উমগা
বাবা কোঙ্গাই কাওতুনা
মীরব্লেন্দ পোকপগী
মহে য়াল্লে খঙ্গবা
মাবুতবু য়েংদুনা
থাদোক্কুনা য়ুম্বাল্লোল
ভসি ফাওবা হিংলিবা।
অদুগুম্বা মহাকপু
ইথাদগী শেংখুগা
এৈনা করি ওইহৌনি।

ওকচীল্লাকপা— তোলোম্বা!
নঙনা নুংশিজরিবা
চান্না লুনা থল্লিবা
অদুগুম্বা মহাক্কা
অতোম অরেম ওইখ্রগা
নঙগী য়াইফ নত্রনে।
মাণ্ডইদমক্কনিনে
নঙগা এৈগা অনীনা
অম্তক ব্রানা থাঙলকপা।

তোলোম্বা— মানি—মানি—
মানা নুংঙাইখিবনা
এৈগী নুংঙাইজবনি

ওকচীল্লাকপা— থানখিবা মতমদো

ঙসি থোক্লে তোলোম্বা।
মাবু পুথংলসিনে।

তোলোম্বা — পুথংলসি ঙসিদি!
পুথংলসি! মগাকপু (য়োইরেম্বা লাকই।

শুকচাঁন্দ্রাকপা — নীপা হায়দ্না অদুনি।
শাগু মথেঙ্নগনি!
লানশু ময়াওরুগনি।
খুদোংথিবা অরাবা
নক্ষংলগা পূন্নমক
নীপা ওইরক্লিবনি।
মুংঙাইরেদো হৌজিক্তি
ইশূ পাঙল্লক্তুনা
পাম্বা শাফা-নববু
ইনীংসিনা উরেদো।
সনা নাক্তা চংলসি
মনা মথুম নিরুসি।
পাম্বা কৈরেল অসিবু
নগা নচা চঙ্তুনা
ময়া কবাক খল্লম্মো
মমৈ ফিরাল শারম্মো।
নঙ্গী য়াইফা ওইনবা
হাওতক পাংকী থোয়ম্মু
তাইনরম্লে হায়রগা
ইপু তম্না লাক্লনি।

( চংশি—তোলোম্বনা মপি শিন্তবা উবদা য়োইরেম্বা তিঙক মাইঙক লেপ্তুন লৈ! মচাগী মতৌ উবদা মথোল থোক্লা কপ্লক্লে—যোইরেম্বা তনিক তনিক্লা হায়রকই )

যোইরেম্বা— ইপা'বুংঙো অপোকপা !
মীৎম্না পিশুংনতুনা
লোয়্না নোংনা খোংবগুম
মীকপ মীরাও তানববু
পঙৌ কৈদোরবগে ।
অওম্বগী করম্বা
য়রা মৈশা লাংতুনা
থম্মোয় মৈহুম চুবনো ?
তাকপিয়ুনে অপোকপা !
নচায় পাম্মোম চাউরক্লে
ইপায় লম্মল খুমজগে ।

তোলেম্বা— কোরৌ শংলেন নোংমদোল
কিন্থরক্লো কৈদোরি
ইকোক থক্তা নল্লরো ।
লোক্তাক ইশা মাপনমক
কন্না ঈগৌরক্লোবা
তোল্লবু নহাক্কী
ঈরোল্লুদা নমশিল্লো ।

যোইরেম্বা— ইপা'বুঙো অপোকপা
তাকপিয়ুনে নচাদা
থম্মোয় ফুক্ক কপ্ল'ফাও
পাওমেনবিদ্রিবসিবু ?
হুল্লানবিব্রা নচাবো ?

তোলোম্বা— হুল্লান্দেনে ইবুংঙো
ঐনা নংবু হুল্লান্দে ।

যোইরেম্বা— অচু ওইবিরবদি—

তোলোম্বা— ইরৈ লৈতোন অসিনা
করম তৌনা থৎসিগে !

য়োইরেম্বা— তাল্লম্বা লল মপানা
ফংহৌইনে মচানা ।
ইপা মাগী লমন্দি
মচা ঐগী ঙমদাইনি
তাকপিয়ুনে অপোকপা

তোলোম্বা— ইপাই'বুঙো, লোইরেদো
ঙসি'সিদা লোইরেদো !
কুমজা তরা মঙাদং
পারী হায়না লাঙ্গোনবা
লোইরেনেহে য়োইরেম্বা !
মীংস্না লাইজা ঈরানা
রাথৈ-নবা তারেনে !

য়োইরেম্বা — করিগীনো অপোকপা !
ঐবু নচা নত্রবা !

তোলোম্বা— হা নোংদম্বা ইবুংঙো,
করম তৌনা থাঙ্সিগে !

য়োইরেম্বা— হায়বিয়ুনে অপোকপা
য়োইরেম্ববু পোকপিবা
পম্মৌ নহাক নত্রনে ।

তোলোম্বা— মানি,
ঐনা লাঙ্গোল্লকপনি,
ঐনা য়োক্চরকপনি,
নহাক ঐগী ইচানি ।

য়োইরেম্বা— 'চু ওইর'দ্রি অপোকপা!
ইপায় পোলোই মতমদা
খুয়া লুখুম শেন্দুনা
থোগল তৌজদোরিবা
নবুক থোক্কী নচাবু
ইন্থোকপিবা হৌনদে।
পন্থৌ খুয়া থম্বানবু
ঐনা থাবা ঙমজরোই।
(মখোঙ্‌দা হাইথখি)

তোল্লোম্বা— ইপায় 'বুংঙো মুংশিবা। (কোনশিনবি)

---

## ২শুবা উংপা

### ওকচীল্লাকপগী মরানয়ায়।

**মফম**—শূমাঙ

**মতম**—অয়ুক

কৈ-য়েকপা উপাক অমা ভাতুনা থাপ্লক্না লৈ। লফু মতুপ **অমী অহুমস্থু** য়ুংলি। মথুৎনা তা অমা ওল্ল-ওল্লদুনা ফিবম **তৌদুনা** য়োইরেম্বা লৈ। কৈ-য়েকপা উপাক্তা মূন্না য়েঙিঙ— **হক্ষং-হন্দা** চংলি। তা চিঙিঙ—মখোঙ দ্রঙ দ্রঙ থিল্লি— **তাহুন** ফিদুপ্পৈ।

য়োইরেম্বা— ঔ——!

(হায়দুনা তা হুল্লি—শাবুক্তা পাম্লি—মরুমদা শমৈরাংবীগা চীংখৈঙানবীগা থীক থীক নোকই য়োইরেম্বনা কোইয়েং য়েঙিঙ কনাম্নু উদে চেনাশন্দুনা তা শংলি। হান্নগুম ফিবম তৌই-তা চিঙবী।

য়োইরেম্বা নহাদে য়াইরেম্বদে!

পাম্বা শাফানরবা

পাঙ্গল্লবা পাখঙদে

ঔ——!

(হায়দুনা তা হুল্লি। মতৈদা পাল্লি থীক থীক নোক্কুনা শমৈরাংবীগা চীংখৈঙানবীগা চঙশিল্লকই)

শমৈরাংবী— তাহুংদা লাকহুনসিনম্নু

পাম্বা শাংলে হায়দুনা

থোইচং-রাংচংনজরি। (ফাক ফাক নোকই)

য়োইরেম্বা— পাম্বোমসিনা হুল্লিবা

য়োইরেম্বগী তা-নবু

শোয়বা হৌনবরদো।

(মথুং ওয়না য়েংবা পাম্বোম মরুদা শেং থাদুনা পায়শিল্লি কন্না মুকখংলকই)

শমৈরাংবী— অহায়ো, নোক্কুম নোক্লিংঙি!

নুপী মাঙদা পাম্বোম তিংবা—

চীংখৈঙানবী— হুইনাউবী মচা কাবদৈ

করি হেন্নি হায়বগে।

শমৈরাংবী— হোইনে হোইনে, মানিনে

হুইনাওবী চাদি মশাবরি। (অনীমক নোকই)

য়োইরেম্বা— য়োইরেম্বগী পান্দম্না

শোয়বা হৌনবরদো।
শাবুক্তা তম্লে শাবুক্তা,
শামৈদা তম্লে শামৈদা।

শামৈরাংবী— অন্থনবু তিংগাকোক,
কাকোক কাহামাং হায়বনি।

চীংখৈঙানবী— ইতা হায়'সিমা। (অনীমক নোকমিন্নে)

শমৈরাংবী— নুপীচানি হায়দুনা
পঙহায় হায়বা শাগিয়ে।
শা কাপ্পবু—শাবুক্তা
শাডুং শামৈ লাক্তুনা
পান্দম্নবা হৌনব্রা?
কচেনবা শা কাপ্পদি
শাকোক্তা তম্লে শাবুক্তা
শাবুক্তা তম্লে শামৈদা
শামৈদা তম্লে শুন্দ্রংদা।
শামৈদা পানবা শাবু
ফাবা উম্বা হৌনব্রা-ও।
পঙহায় হায়বা শাগদনা।

চীংখৈঙানবী— তোইনে ইতা চুম্মীনে,
ফুবিন্নোই খঙবা মফমদা
মরিংজেল কৈ হায়দুনি।

য়োইরেম্বা— ফরে ফরে অদুদি
ঐগী ইতীক খঙতোরো
পাল্লু হায়বা মফমদা
পাম্হোকপিগে তুক হায়য়ু। (তাশৎপা চৎখি)

চীংখৈঙানবী— চাউবং ওইনা তৌরদুনা
মুংশিদরা ইতারোই !
শমৈরাংবী— 'দুনা লঙনম্বিবনি ।
যোইরেম্বা— (হল্লক্তুনা) ফৈ লংনসি।
ঐহাক হান্না লঙথোক্কে,
কদায় পাল্লু হায়বগে ?
শমৈরাংবী— লংনসিকো ইতা।
চীংখৈঙানবী— হোয়নে লংনসিনে।
য়োইরেম্বা— লংনসি—কিবিদে। ( অনীমক নোকই )
শমৈরাংবী— ফৈ-ফৈ—অদা তৌরিবা
চংবি লফু পোপচাউবী
ময়ায়মক্তা পান্দম্মু ।
য়োইরেম্বা— (ইাশ-শিনা নোকই)
মসিদি খিৎ চাউমল্লি
মখোঙসিদা তৌরিবা
কক্লাউসিদা পানবিগে।
শমৈরাংবী— পাল্লু পাল্লু চল্লদি।
য়োইরেম্বা— করি পোন্তা থা-ননি ?
শমৈরাংবী— নাই ওইনসি অদুগা
নাইনুম্নুনে কিনসি।
(য়োইরেম্বা ফিবম তৌই থৌদেম্মি)

যোইরেম্বা— শূক চৎপা ইপাম্বোম !
নুং চৎপনা ইথবাক,
লমজেল য়াঙবা ইকপ্লাক্ !

অহেম ! আ—অ
মীনা থীনা হায়রগা
ইচপমুক ঙাঙবা মায়তা !
পান্দফদে পাল্লুরো। (তা হুল্লি। অনীমক
নোকই। কক্লাউদা পাল্লী)
কমদোই—কমদোই!

শমৈরাংবী— মতা থোকচরুডুনা
অতুক পাঞ্জরুরগা
হৈরে শিংলে খনব শাই !
অসিবুদি পানবিগে।

(তা শৎপা চৎখি—চীংখৈঙানবীগা য়োইরেম্বগা মীচ্চাবৈ)

চীংখৈঙানবী— থুৎপূ লাইনা চুমবিখ্রে।

য়োইরেম্বা— অহেহি, খরা মচুমজে ! (য়েংগৈন—
চীংখৈঙানবীনা নাতোন নাকচিদা খজিক্কং শুগগুনা লুকথখি)

য়োইরেম্বা— শুগৎপিনু,—মুংনাংজৈ।

শমৈরাংবী— (লাক্লে) কৈদোবা ? (য়োইরেম্বা খংভি)

য়োইরেম্বা— অ অ— ! (মখুং নোই)

শমৈরাংবী— হৌজিক্কীডু কমদোবা ?

য়োইরেম্বা— অদুবুরাও, 'সিনিমা
শূক্সু নুংসু মহৈজৈ
তা-দা নত্তে হায়বনি।
হুনবিরসি, হুনবিসি।

শমৈরাংবী— হুন্দোকপস্তু ঙাইদনা
পাল্লুচোহে শোয়ফদে।—(হুল্লি)

য়োইরেম্বা— পাল্লে পাল্লে চবক্কা।

শমৈরাংবী— পাঙ্গল চনবা মায়রে।
য়োইরেম্বা— অমগী 'মুক য়েংলসি।
শমৈরাংবী— ইতা নঙ্গী পান্দম্মো।
চীংখৈঙানবী— মাই হৈজদে, ঙমজরোই।
য়োইরেম্বা— য়ারোই য়ারোই, য়ানরোই।
শমৈরাংবী— হৈত-পোৎপু কমদৌনি!
য়োইরেম্বা— ঙাংনখিবা তুংইন্না
নাইওইবিবা তারেদো—
শমৈরাংবী— ( থকচান্নে )
আ—করি কদৌ—উম
করি হায়গে ইতা।
চীংখৈঙানবী— ঙাংনশিল্লুরবনা—
শমৈরাংবী— হোইনে হোইনে মানিনে
লোম্বনিনে ঐহাক্না।
য়োইরেম্বা— মতুৎলোম্বা য়ানদে।
শমৈরাংবী— 'ঢ় ওইর'দি ইতাসে
ঐগী ইনাই ওইরেদো।
য়োইরেম্বা— নাইনুদিনে ঐঙোন্দা,
কিবা তারে, কো ইচন
( চীংখৈঙানবীদা ওনশিল্লি )
শমৈরাংবী— কিদৌবনে মপুদা।
য়োইরেম্বা— চালুক চিংশিনবিনুদা
শমৈরাংবী— মপুনা 'নাই লোকপবু
চালুক চিংশিন্‌বরনে?

য়োইরেম্বা ঐমা ! পোন্থা অনীনে।

চীংখৈঙানবী— নাইওইনবা অমগা
নাইনু কিনবা, মাগা।

য়োইরেম্বা— নাই পান্মে নাই লৌবিয়ু
নাইনু পান্মে কিবিয়ু।
অপাম্বদা খনবিয়ু
নাইনু কিগে কিবিরো।
নাইদো পীরো পুখ্রগে। (চীংখৈঙানবীদা)
পোন্থা ওইবী ইচন্দি,
করি পাম্মিরিবগে ?

চীংখৈঙানবী— ঙাংনশিনথ্রবনিনা—

শমৈরাংবী— ( ফিংনা ) হোয়নে-মানিনে-নত্তেদা।
আ—উম—। ইত্তাকো।

য়োইরেম্বা— (চীংখৈঙানবীদা) নাই ওইরবনিনা ইতুং -

শমৈরাংবী — নত্তেদা স্নুম তৌসিদ',
আ নীপামচা থোক্ল'দি
থাঙলেন অমা পায়রগা
চংবি লফু মতুপসে
খোঙফম অমতদালেপ,
থাঙলোন অমতদাহাই,
মতুপ তরেৎ থোক্লব:
তুহন্দনা তুক ককউ।

য়োইরেম্বা - কৈ কক্কে, ঙম্ল'দি ?

শমৈরাংবী - ঐখোয়নীমক নাত্তে ওইনি।

যোইরেম্বা— নুংঙাইরেদা শরীশো।
তীক তীক লাউবী মীনাইনা
ফৌশু-চেংশু-হনগনি
তনাপ-তনাপ্পীবুনা
তরা লূকোই থোংহন্নি।
য়েংজো ঐগী থাঙলোনসে।

( ফিবম তৌদুনা চৎখি। মাগী ফিবম ফিদুপ ফজবা উবদা শমৈরাংবী মুন্না য়েংদুনা ময়া ইকা-কানা মখোন থোক্তুনা নোক্তুনা লৈ মপান্দা ওকচীল্লাকপা খোদেম্লকই। শমৈরাংবীগা চীংখৈডানবীগা ইমুংদা চেনশিনখি। যোইরেম্বা তাহৌদে— নুরাশিংনা চেনখিবা উবদা যোইরেম্বনা মখুৎ থাংগও না )

যোইরেম্বা— নুরা, নুরা!

(হায়দুনা চেন্থোরকই, ওকচীললাকপা থেংনৈ। চপ লেপ্পী)

ওকচীল্লাকপা— (য়াম্না তপ্পা) ইপুয় 'বুংঙো যোইরেম্বা!
(হায়ফেৎ য়েংলম্লগা চৎপা হোই-যোইরেম্বা ইকাই)

যোইরেম্বা— ইধৌ! নুরা অমতা পীবিয়ু।

ওকচীল্লাকপা— নুরা পাম্ব্রা ইশুবো?

যোইরেম্বা— ইধৌ! নুরা 'মতং পামজেনে।
খাঙ-তা শূক-নুং লংবদা
শুমাঙ য়াম্না কায়থরে
তৈশিঞ্জগে তৌবনি।

ওকচীল্লাকপা— ম্রাই তৈনবা নুরাকো?

যোইরেম্বা— হোই, ম্রাই তৈনবা নুরানি।

ওকচীল্লাকপা— য়া ইশূসিদি তৈরুনু !
ইপু পাওমেল্লমগে লাও।
( মাঙ্গোন্দা চওদুনা কমথি )
ইপায় ইমোম তাবরা ? (শমৈ থোরকই)

শমৈরাংবী— পম্মৌ অপোকপা !

ওকচীল্লাকপা— ইপায় শাফি লানফিগা
থাওলেন্দুগা পুরকউ।

শমৈরাংবী— শাফম লানফম লৈবরা ?

ওকচীল্লাকপা— 'কনবা লানফম্নিনেতে।
তোলোংখোম্বনা তোংদুনা
লুরাং তেঙ্গোল হৌরক্লে।
ফুবালাগী লানফমদা
মোইরাং তেঙ্গোল মায়থীরে।
থীল্লে ইমোম ইবেম্মা
ইপায় পোৎলোই পুরকউ।
ইপুই 'বুংভে' নহাক্নী
থূবৈ অমা লেংফদে,
ইমুং মনুং শেল্লম্মু।

য়োইরেম্বা— ইথৌ (শমৈরাংবীগা চীংখৈওানবীগনা
লানফি হাপ্লা লুবাক থাওনচিংবা পুথোরকই )

ওকচীল্লাকপা— ইমোম নওম্ব লৈরম্লি ?

চীংখৈওানবী— পম্মৌবু।

(ওকচীল লানফি শেংপা হৌরক্লে শমৈরাংবীনা চংশিন্দুনা থুজি নাচি পাম্মোময়াইনচিংবা শিজিনবি-য়োইরেম্বা মমীৎ কুপ্পুনা য়েংও। ওকচীল্লাকপনা থুজি হেক শিজিনবদা য়োইরেম্বনা মথূদাংদা য়েংভি পাম্মোমথাং হাপ্লকপদ মপাম্মোমদা য়েংভি

—ওকচীল্লাকাকপগী খূৎশূ থাওদু পায়দুনগকা হাইনিঙিঙ। পজেঙ ফিরাল খেংচিল্লকপা উবদা মমীৎ মনা কুপখিল্লে—ওকচীল্লাকপা য়োইরেম্বগী মতৌ উবদা মুংঙাইজে।

ওকচীল্লাকপা - নপু ঐবু ইশূনা
মূন্না মুন্না য়েংবদি
হায়জনিংবা লৈবরা?

য়োইরেম্বা— ইধৌ! অসুক নিংথিজরবা
শাৎপোৎ লানপোৎ শেত্তুনা
লান্থেংনরবদবু
শিবা কিখিগদরা!

ওকচীল্লাকপা— চুম্মি, থাঙ্গৈ শেংনমক্
পোৎলোই শম্বোংসি হেক শেৎ
পজেং ফিরানসি হেক থেৎ
ইথূৎ চাবা খূৎলায়না
খুদুম হেক চেৎপদা
তাইবং পানবা পুম্বসে
উৎপুংওইনা উহনবা
শাবোৎ-লানবোৎনিনেহে!
'কনবা শাফম লানফমদা
থরায় পোন্থা খাদুনা
ইপূমথিৎনা য়ান্নরক
ফংলক্লিবা ফিজোল্লি
চুম্না ফংবা নত্তেনে।
নীপা ওইনা পোকপগী

পান্দম ফম্না অসিনি।
( পজেঙ ফিরাল উংলি )

পোকপদগী শিব-ফাও
হোংনবদা ফংনবা
ফংবা ঙম্নদদুনা
ঈঙাও পাক্তক্লদুনা
শিনখিবা কোঙ্গাইনি।
নপু ঐদি য়োইরেম্বা,
পোকপৈ মহৈ য়াল্লেদো।
নীপা ওইনা পোকপগী
তান্নরিবা পান্দমফম
ইকোক-থক্তা ঙাল্লেদো!
হ-হ-হ! ( মকোক্তা গেচ্চিল্লি )

**য়োইরেম্বা—** ইধৌ! ঐস্তু চচ্চগে
ঙসি লানফম ময়ায়দা
ইধৌগী মাঙ থাদুনা
হৈজরিবা ইহৈসে
ওৈরাইজগে অমুক্লং
নশূবুস্তু পুবিয়ু!

**ওকচীল্লাকপা—** নঙনা লাঞ্জংদোবদি
ইপুয় ইঙক অসিনা
লৈপক্লর' মতমদা
লীকমল তাবা থূন্নবা
নঙনা লাঞ্জংদোবনি। **(শমৈরাঙবীখোয়দা)**
ইপায় ইমোম অনীমক।

**শমৈরাঙবী—** পন্থো!

**ওকচীল্লাকপা—** ইপা লাঞ্জংলুখিগে।

(হায়দুনা শোর ফিদম য়েংদুনা ওকচীল্লাকপা খোঙশানখ্রে চীংখৈঙানবীনা ঝানা শমৈরাঙবীনা মুংঙাইনা মপা য়েংদুনা লৈহৌই হরাও য়াকা তমদুনা মীংস্না অনীমক্না হরাও মুংঙাই ফোংদোকচৈ)

য়োইরেম্বা— কপ্তি কপত্রা মোক্লিনে

শমৈরাঙবী— কৈদোনবা কপ্লনি।

য়োইরেম্বা— উখ্রাইগীদি' স্নমদোনৈ
মপা মপা ওইবনা
শাফম-লানফম চৎখ্রগা
শিরক্দ্রা খন্দুনা
ইমুং হুপ্পা কপ্লেদো।

শমৈরাংবী কৈদোনবা কপকনি—
খাইবংপানগী তাইবংনা
তান্নবদা ঝারবা
য়াইফরেনগী তম্ফানা
লাইনক মতা ফবদা
মশোং কানা ঙাল্লবা,
চীংবু তম্বু লোইচনবা
'চৌবা লৈপাক অমগী
মায়োক মায়রোঙ ওইরিবা,
লানঙম পজেং ফিরান্না
কোক্কী লৈতেং ওইরিবা,
মীরল্লৈনগী লেম্নফম
মতীক চাবা ইপানি।
মাগী মথৌ ঙমদাইনা
লৈপাক্ নিংথৌ অনীগী

মনীংভম্বা ঙাক্তুনা
'কনবা শাফম লানফম্মু
মায়রোঙ য়ানা পুবনি।
অদুগুম্বা ইপানা
মথৌ পাঙননবগী
শাথেং লাম্থেংনরগা
কৈদৌনবা কপ্‌কনি।
অনা থেংনরবদি
অমা তুবঃ ময়েক্নি।
শিন্নকসনু কৈদৌগে
শিগদবা মপোক্তা
মশায় মথৌ ঙাক্তুনা
শিখিবগীদমকপু
ব্রাফম করি থোকপগে!

য়োইরেম্বা— শাউখিন্নুদা ইচনম্মু
পম্থৌ হায়বা অসিদি
মচা 'খোয়না ন্নুংশিদো
শিহন্নিংদে হায়বনি।

শমৈরাঙবী— হা হা হা হা হা, অঙাওবা!
ন্নুংশিজবা মীশকপু
শিহন্নিংদে হায়দুনা
লোৎত্রা লিদ্না থম্নগা
মাবু কনবা ঙম্বরা।
য়েঙঙু—অসে শাৎলিবা
মাগী নৈশক্‌-লৈমম্না
তাইবংপানগী তাইবংবু

লায়না থুডুম চল্লিবী,
মালং তাংথক ঈপোমদা
হরাও-মরাঙ হৌরিবী
লৈশাং য়ৌবী লৈরাংসে,
পাম্মুয় মুংশি হায়দুনা
লুবাক্লুংদা লীরসি।
পামেল থক্তা কেম্বগুম
লূবাক্তদি কেম্লোয়দ্রা !
মতম খরা শাংলিঙৈ
কোলোয় মিংচং ফংনবা
লৈরাং-লৈশক-লৈনমদো
কোয়না কোয়য়েন-য়েনবনা
শাচ্চ-পাঞ্জনবগী
কান্নজবা নংতরা !
লোংলে লোংনা মরোয়বা
ফোঙলে ফোঙনা মশিবা
তাইবংপানগী মপোক্লি।

য়োইরেম্বা— চুম্মি চুম্মি ইচন্ন।
স্লোংত্লা লিংপা য়াদ্রবা
শিগদবা মপোক্লি।

শামৈরাঙবী— মাদু খঙবা নহাক্লা
তুফক-তুফাই চন্দুনা
শিগদুনা মরৈরি।
শিথরগা শীদোকপা
থৌগংলগা থোইগংপা
তাইবংমীনি খঙঙুনে।

য়োইরেম্বা— শিথদনা পুন্সিসে
থোইগৎনবা মরমনি
কার ঙৌনি ইচল-ও ?

শমৈরাঙবী— নোংদম্বনা শেম্লকই—
শারোং শাবান চঙ্খোম্না
হকচাং কায়াৎ কায়দনা
পাঙ্গল কন্না নহাকপু ।
অদুগুম্বা নপাঙ্গল
কিথূপ্-কিরুম্মবনা
শিজিন্নফম খঙ্দনা
অরেম্বদা মাঙ দৌরি ।
নহাক নীপা নত্তরা ?
নতীক খৌনা উত্তুনা
চোংথোকউনা লানফমদা
শা-লাও লাল্লাও অকনবা
অমুক্তসু লাওরুচো ।

চীংখৈঙানবী— ( পাখত্তুনা ) ইতা !

য়োইরেম্বা— য়াম্নরুগে লানফমদা,
থিম্নরুরে পীরকউ
ঐগী খূৎশূ থাঙ্ অমা ।

শমৈরাঙবী— পীগে, চৎলু, য়াম্নরু
ককচিং য়োৎনা শারবা
ময়েক নাইবা কবাক-থাং ! (চেনশিনখি)

চীংখৈঙানবী— ইতা ! ( পাখৎখ্রে )

য়োইরেম্বা— হা-হা-হা-হা-হা !
নীপা ! নীপা ! নীপা'চা !

চাঁংথৈঙানবী— তাইবং থবায় লান্নফম,
পুন্সি মতোল লোন্নফম
তমথিন্নবা লানফমদা !
থোনা ফনা লেঙদোরি ?

য়োইরেম্বা— উম্ — ! য়াইফ চেনবা লানফমদা !
ফম্লেন ফমথোল লানথৎফম
কোলোয় মিংচৎ লোক্লফম
লাইবক শেম্বা লানফমদা !
( শমৈরাঙবী থাঙ্লেন পুথোরকই )

শমৈরাঙবী— থাঙ্লেন অসি পায়য়ুসে !
মাঙ্দা মায়রোঙ্ য়ারম্বা
য়েক্ল তিংখং তেংদুনা
নীপা অমা ওইরকউ ( পী—লোই )

য়োইরেম্বা — 'কনবা হুয়েল লানফমদা
থোনা ফনা চঙ্গনি।
থাঙ্লেন অসি হাইদুনা
য়েক্লববু হাৎলুনি।
থাঙ্হাইদু'দৈ থোরকপা
অরঙ্বা মশেক মঙান্না
পোকপদগী মক্লবা
য়োইরেম্বগী ইন্নায়বক
লূনা লংনা শেংগনি।
নহাদে—, য়োইরেম্বদে !
নুরা'নীগী মপুদে !
লৈরম্মুদো খঙ্গনি।

(হায়দুনা — মকৈবোমদা মখূংনা পোপ পোপ ফুদুনা মমেঙবান্দা থাঙ হাইগত্তুনা ইপং পঙনা চংখি—শনৈমাঙবী নোক্তুনা অচুম্বা চীংখৈঙোনবীনা মিপাইনা য়েংহৌই)।

# ৩শুবা উংপা

**মফম**—পিদোন্নুগী শক্তম লাংফম

**মতম**—নুংথিল

(মাঙদা চীংখৈ নিংথৌ লৈরাং খুজোক থন্না পায়দুনা ঈরা হৌরবা মীংয়েংনা মুন্না য়েংদুনা লেপ্লি। শক্তমগী মমাঙদা হৈরাঙ লৈরাংগী অথেনপোংনা নিংথিনা য়াংলবা তাঙ্গ-মথক্তা থেনগত্তুনা লৈ। ফুশাংনরবা লৈশংনা মফম চানা থেত্তুনা লৈনা পুময়োম্নরবী পিদোন্নুগী শক্তম য়েংদুনা)

চীংখৈনিংথৌ— লোৱো নঙগী চীংখৈনা
নঙগীদমক তম্লিবা
য়াইবি লৈরাং মঙানা
থেনগত্তুনা শেম্লবা
লৈরাং খুজোক খুদোনসে।
নঙবু ঐনা লংনখি
ঐবু নঙনা লংননু।
লৌ-লৌ, পিদোন লংননু—
নীংবা কায়বা চীংখৈগী
নীংঙমদ্রবা থরায়না

নওগীদমক তাম্লিবা
লৈরাং খুজোক খুদোনসে।

**(শক্তমগী** কোকথক্তা চাইশিল্লি। হন্দোক্লগা **মুন্না ম্লেভিড )**

চীংগী তম্ফা য়াইরংচান
তম্‌গী লৈমা পিদোন্নু ।
লাংজোন ফবী নহাক্কা
শাথেক-ঈথক-ঈপোমদা
ঈরাক ঈতন তমদুনা
অপাম-ঈরেল-মপূংয়াঈ
নুংশি ঈচন্নখিবা
ঐগী লৈমা পিদোন্নু !
খোযরাং খোযশাউ-তন্দূনা
খোযকুম-মোমোন-নোকপবু
খম্নুং-কিকোই-খোঙ্‌লোই-ন
মালং খোঙ্‌ব্রাইনব-ফাও
মথংলেন নমান মচাগী
মযাগংবু যাবদা
মাখোকচদে তাক্‌পরা !
কোলোয়নিদি মেন্দনা
নপারীবু থাগোন্না
মীৎস্না মীৎয়েং তোংদনা
চীনবাল খোইরুম কাংগাংনা
নোকমি নোকমি তৌববু
নোক্লব্রনে ঐহাকপু
তালোয মশক খঙ্‌দবা
তন্‌বা-চানি হায়দুনা।

কদায় পীয়ু ঐঙোন্দা
অমুক্তদি পমজগে
লাংগোঞ্জবা ফংদ্রবা
পারী নৌবা 'পিখক্তো !
পারী 'বুংঙো, লাউগবা !
ইপায় ফৈরা থকসিদা
অমুক্তেদি চঙলকউ ।
নঙবু চেৎনা কোল্লগা
মপা মচা অনীগী
চান্ন নুংশিনবগী
চাংজো-নাইদ্র' ঈপাক্তা
অমুক্তদি তাউজগে !
পারা পারা ইবুংঙো ।

( মীৎস্না ঈরা হৌদুনা মুন্না য়েংদুনা লৈ—লাম্মী অমা চেল্লকই—চীংখৈ ফিজঙ তাইজিল্লি । )

লাম্মী— কেগে নাংগো লায়িংথো ! (খুরুম্মী)
কেগে লাল্লোইহঞ্জবা
ওকচাল্লাকপা ফাখরে ।
ফমদো হুম্ফু মরীস্থ
য়াতানখ্রে লানফমদা ।
অকন অথো লৈখিদ্রে
তেঙ্গোল তুম্লে ইনিংথো ।

চীংখৈ— ওকচীল্লাকপা ফাখ্রবা !

লাম্মী— ইনিংথো !
মপুয় পায়মা পিবুরুং

তয়াং তশোঙবিখিন্নু
ঈশিংগী লান মায়পাক্লি।

চীংখৈ— কহি কান্নখিগনি
ওকচীল্লাকপা ফাখিদ্না
পাঙ্গল্লবা তেঙ্গোম্না
তক্না তুমখ্রবদবু
থাঙ্গলাকপানা পুরিবা
শেন্দ্রা লানগী তেঙ্গোলগী
ঈশিং ল ন্মীশিংতুনা।

লাম্মী— হাবিখিন্নু ইনিংথৌ
খোয়ুম লাইনা থারকপা
মশক মমিং খঙদবা
'কনবা পাংঙ অমনা
লুরাং তুম্না হাত্তুনা
ঈশিংগী লাল শোইশিল্লে।
ওবচীল্লাকপা ফাখরে
রাফম অসি তাবদা
চারাম্নরবা পাম্বনা
শজী শঙাই উরগা
অরাক তম্না চোংশিনগুম
লুরাঙ্ তেঙ্গোল তম্নবু
চোংশিনখরে পাখঙ্দো।
মাগী লাল্লাও তাবদা
নিংদোল চেঙ্কুম-চেঙ্গানৈ।
হাইদোক্লকপা থাঙ্হাইনা

কোরৌ নোংথাং কূপ্‌কূম্মী।
চোংথোক চোংশিল থাঙ্‌লোনগী
হাইদোক হাইজিল থাঙ্‌হাইদা
য়েন্দেন থরাক শোইবগুম
য়েরু কোঙ্গাই শোইদোকই।
কনা 'মতা মমাঙ্‌দা
থাঙ্‌বা লেপ্পা ঙমহৌদে।

চীংথৈ— চৎলু—লান্মী থীল্লসু,
মাগী লাল্‌রোং য়েংলুচো।
শোয়গদবা লৈর'দি
তন্না হেক্তা চেল্লকউ।
ঐসু ঙসি লাঞ্জংনি।

লান্মী— ইনিংথৌ! (চেনখি)
(অতোপ্পা লান্মী অমা চেল্লকই)।

লান্মী— কেগে নিংথৌ পুরিক্লাই,
লাঙ্গোই শগোল তোংদুনা
লুরাঙ্‌ লান্মী থরনা
নাকোইনবা চেনশীল্লক,
সনা কোনুং পায়ররে।
ননাও'বেম্মা লৈমাবু
থাদোকহৌরে ইনিংথৌ।
মফম অসি থাদুনা
সনা খোঙলেংবিবনা
ফরগত্রা লৈমাবা।

চীংথৈ— ঐদি থারোই মফমসি

চৎলু, লাম্মী কিগনু,
নিংথৌকোন্দা চত্তুনা
ঐগী থাঙলেন লৌরুচো।

( লাম্মী চৎথি—চীংখৈ থঙ্গানৈ - ভাইহাক লৈরগা **শক্তমগী ফিজঙ** তাইদোক্কে হায়না তেক পায়রমক্কুদা **তোলোংখোম্বা** চেনশিল্লকই )।

তোলোংখোম্বা— হা হা হ হা হা!
চীংখৈ নিংথৌ।
নঙগী মতম লোইরেদো!

চীংখৈ— হা হা হা! তোলোংখোম্বা!
নহাক য়োরক্লবোইরে।
কার পাম্মি হায়য়ুক্নে!

তোলোংখোম্বা— হ-হ হ।
পাম্বা কৈগী খায়াস্তা
যাথোঙ লোনগদৌরবা
য়ারৌ শক্তা নঙ্গনস্ত
রাঙাঙ কামজাও হুনবা-শাই।
নঙবু ফারে হায়রগা
নহাক থোকপা নরালগী
চৈরাক পীগে লাকপনি!

চীংখৈ— হা হা হা! ঐবু ফাবকো!
হাঞ্জনুহে অয়ম্বা!
থাঙলেন্দুগা কোন্ননা
নঙবু শূপাকা ফাবিগে।
কেগে নিংথৌ চীংখৈনা

অস্তুক থৌই হাযবসে
নমীৎ থিৎনা উজগৌ !
ইমাঙ্‌দা তুক খাঙহুগে !

( হোচ্চিল্লকই—তোলোংনা ইন্তন পি—চুঙ্‌গা তাগা কোন্নবা লান্মী ময়াম্না চয়োম শানা কোয়শিনখ্রে। তুংদগী লান্মী অমনা তাখোক্লা চীংখৈগী মকোক তয়কই—চীংখৈনা ফাই। তা মুম্নরিভৈদা অতোপ্পা লান্মী অমনা চীংখৈগী মকোক্তা থারে—চীংখৈ তুথখ্রে )।

তোলোংখোম্বা— ফাওগে লান্মী মহাকপু
মথূৎ তুংবুল হারৈ-লাক
থম্মু চেৎনা পুন্দুনা ( পুল্লি )
( য়াঙ্‌বী লৈমা, চেল্লকই থাঙ্‌ য়াল্লকই )।

য়াঙ্‌বীলৈমা--- মাঙলে মাঙলে ইবুংঙো,
মালেম থক্তা থরো-ওল
পুন্সি য়াতারবরা !

( মফি শেগাইদুনা চাংখৈগী অকায়বা মকোক্তা য়েৎশিল্লি)

তোলোংখোম্বা— ঙসি শোংজা অসিমক
খোঙগঙ্‌দবা নিংথৌগী
মতীঙ খঙ্‌বা নুমিৎনি।
য়ারে য়ানা হান্নগুম
য়াদে থাঙ্‌লেন ময়াদা।

য়াঙ্‌বীলৈমা— ইপুরোংবৈ লুরেন্দা
খূৎলাই খনবা কনানো ?

তোলোংখোম্বা— য়েংজো, মুন্না য়েংজগৌ,
কুমজা তরা তরুকপু

মীচ্চিনা ফাও যেংদনা,
লুরাং-নিংথৌ মগোম্মু
ইন্থোক্তুনা থম্বগী
মতীক চাবা লমম্নি।
নুংঙাইজরো— পেম্নরো
থাক্লা থাক্লা নোকচরো!

য়াঙ্‌বীলৈমা— লম্মল! লম্মল! করিগী!
মপুরোইবৈ মথক্তা
মনাই ওইবাশংদুগী
করি লম্মল লৈদুনা!
ঐগী ইপুরোইববু
'রাবা পীবা নত্তাক্তি
য়েক্লবনি এংাক্কা।

তোলোংখোম্বা— মোইরাংলৈমা কাম্নরোই
কুমজা তরা তরুক্কা
রাগোক খিবিক নিঙ্‌শিঙু।
লৈমা-নিংথৌ থাইবুঙ্‌না
লৈ-ঙাক্লকপা কাউগনু।
করি মরম লৈদুনা
তোলোংখোম্বা ঐহাক্লা
কোগে লান্দারিবনো
মরম খঙ্‌না থবক তৌ।

য়াঙ্‌বীলৈমা— নত্তে, তাইয়োন্নজন্নু,
লৈপাক মরা তপ্পবা
লৈমা খুবম চেৎনবা

কুমজা তরা তরুকসি
খাঙ্‌লকপবু নক্তেকো।
লৈপাক লিংগে লিংজহৌ
লিংলোই হায়স্তু তোকথোকচৌ।
লৈমা নিংথৌ পান্দ্র'স্তু
করি নাচুংবিদেদো
ঐনা রানা খাঙলকই
ইকাই শেঙ্গোই মৈরক্তা
চাদ থক্তা তুমদনা
কুমজা তরা তরুকসি
মাগী নুংশি চানবিবা—
রাহৈ 'মতং ফংলবা।
রাহৈ অড় মক্তনা
মখোঙ খূয়া থম্বানবু
পুন্সি চুপ্পা কোঞ্জবা।

তোলোংখোম্বা— মোইরাং লৈমা কান্নরোই
মাবু তন্না থাদোকউ। (থাঙ শংলি)

য়াঙবীলৈমা— ঙম্নোই ঐনা ঙমজরোই,
মখোঙ খূয়া থম্বানবু
ঐনা থাবা ঙমজরোই।

(চৌংথৈগী মখোঙ কোনশিনপ্লে)

চৌংথৈ — (ভন্তুরক্লে) শিরমদাইগী মতমদা
লাঙ্গৈকন্নগে হায়দুনা
লাক্লবরা পিদোন্নু। (হৌগৎলকই

য়াঙবীলৈমা— হৌজিক ফাওবা পিদোন্নু !
ঐহাক মোইরাং লৈমনি
নিংথৌরেনগী মমোম্নি,
মীনায় নুবী লোয়নুবী
পিদোন্নুদো ঐ নত্তে !

চীংখৈ— অচ্চা ! হিংচা—য়াইতম্বী ।
(খোঙপাক্লা কাওই—য়াঙবীলৈমা তুথখি )

তোলোংখোম্বা— অচচ্চা !
খোথঙদবা নিংথৌ নঙ !
মহৌশাগুম শাথিরি ?
থাঙলেন অসি উত্রহে !

য়াঙবীলৈমা— অচচ্চা ! নঙ্গুম্বনসু ।
মনাওনুবীত মমাঙদা
মাগী মপুরোইববু
তাখি-শোইনাইরবদি
'রাবা তানি খঙদ্রহে ।
লেপ্পু, 'মাঙদা তূক লেপ্পু ।

(থাঙ শত্তুনা হোচ্চিল্লি, তোলোংনা ফানবা ইহুন পি —য়াঙবীবু ফায়)

তোলোংখোম্বা— (ফাক ফাক নোকই)
পুত্রো চৎলু হৌজিকমক
হান্নগুম্লা থম্মুচো। ( পুখি )

চীংখৈ— তোলোংখোম্বা ! অচচ্চা !
নুপী অঙাঙ থাক্তুবা ! ( মখা চীকই )

তোলোংখোম্বা— হায়য়ু চীংথৈ তশেংনা
হৌনবিবু ঙাক্কেরা,
থাঙলেনসিদা শিগেরা ?

চীংথৈ— নঙগী থাঙলেন কিদুনা
নীংথ্রববু হোংখিদ্রা
তুমিন নৈয়ু তানিঙদে।

তোলোখোম্বা— অরোইবগী মীৎকুপ্তা
অমুক্ হংগা থঙ্গখো
মীনাই শক্তম থাদুনা
লৈমা নিংগোৗ চান্নবা
পরিং চুম্না লৈ-ঙাক্কে
শরী নামুং তৌরদি
নঙগী য়াইবি কনবিনি !
ঐহাকসিন্ত ননাইনি
নরুম থুপ্না নৈদুনা
নমাঙ থানা শিগনি।
হায়য়ু তাসি গৌজিকমক।

চীংথৈ— তোলোংখোম্বা কান্নরোই
ওইরোইদবা রাফমদা
নোংদোল শঙ্গাই শাদুনা
খোঙ্গাই নিকপা তৌরনু।
খেইনা হেন্না ফজনা
লংহন্নিঙিঙ হায়দুনা
থাজ মাগী মায়হিংবু
মুৎথৎলুবা ঙম্বরা !
কোরৌ থাজ মায়হিংগুম

থম্মোয়নুংদা চুখ্রবা
পিদোম্নুগী শক্তম্মু
তোলোং নঙদি হায়রুম্মু
খাম্বিনুংদা ইরুগা
লোক্তাক ঈশা মাপম্না
কংদ্রি ফাওবা চাম্ল'মু
কোকপা ঙমনি খঞ্জম্মু।

তোলোংখোম্বা— থাঙলেন ময়া অসিনা
কুপ্না তোইনা য়ান্দুনা
শিংকুপ শাহল্লবদি ?

চীংখৈ— নঙনা উবা ফংগনি
থাঙথা থাঙকক খুদিংদা
তুখোঙ খুদিংমক্তগী
ঙাঙনা শিন্থরক্লিবা
মাগী মুংশি ঈচেন্দো।

তোলোংখোম্বা— ফরে ফরে অদুদি
নীংজ শোঞ্জনরিবা
কাওদনবা মহাকপু
থাঙলেনসিগী ময়াদা
পুন্সি খোঙচৎ লোমজরো !
লৈরম্মুদো শরীশো
নঙগী লুরেল্ল কক্লগে।

( হোচ্চিল্লকই—য়োইরেম্বা তুংলোমদগী চেনশিল্লকই। থাঙগা কোম্নমা শূপকোন কোন্দুনা তোলোংবু লংথোকই চীংখৈগী নাক্তা লেপ্পী ফাক-ফাক নোকই )

তোলোংখোম্বা— অচ্চচা !

(হায়দুনা তোলোং হোচ্চিল্লকই থাঙ হায়নৈ তোলোং নীংহন্নে— য়োইরেম্বনা তান্নথি— ওকচীল্লাকপগা তোলোম্বগা চেল্লকই—চীংখৈনা য়োইরেম্ববু শংত্রিক য়েংদুনা লৈ)

ওকচীল্লাকপা— মপু 'বুংঙো য়াইফবা !
করি মতৌ কৌবগে !

(নিংথৌগী পুল্লিবা লোথোকই—য়োইরেম্বা থাপ্তুক্লা ফাক ফাক নোক্লকই-অহুম্মক অথুকপা অকিবা মীৎয়েংনা য়েংদুনা লৈ— য়োইরেম্বনা তোলোংগী মকোক পুদুনা থাংলকপা খোঙথাঙগা লোইননা অহুম্মক হরাও-য়াকা তমদুনা নুংঙাইবগী শোয় খাঙতপ্তা হোন্দুনা লৈ)

য়োইরেম্বা— লোয়া লমজা ওইবনা
অরু অহেন পোৎশক্তি
কচ্চনিঙাই লৈজদে।
মা খূয়া থম্বানবু
নীংজ খুরুমজবগী
মপুয় মায়য়োক থাফমদি
লুরেলসিনা ওইজগে
ঙাকপিয়ুকো ননাইবু।

(লুরেল কত্তুনা খুরুম্মী—চীংখৈ ঙাংনি শক্তি খঙদবমখৈ মুন্না য়েংদুনা লৈ)

ওকচীল্লাকপা— কেগে-নিংথৌ পুরিক্লাই।

চীংখৈ— হায়যু তাসি অঙম্বা,
পাথঙসিবু কনানো ?

লমদম কৈদা লৈবনো ?
মাগী শক্তম উরগা
করিগীনো ঐহাক্না
খাঙওমদ্রবা নুঙোন্না
থম্মোয় ঈগক কৌরিবা ।

ওকচীল্লাকপা— ইনিংথৌ ।
কুমওন কুমজা ওল্লকপা
তরা মঙাই মমাঙদা
থেঙবা ইন্নুং অমদা
নোংলেন নুংশিৎ অনীনা
শযঙ পাম্বোম ঙাম্নৈং—
খাক্না লাউনা চংলবা
অখাক অরাও হাইথখি ।
শাক্ক কনবা নোংলেন্না
মালঙববু নমথেকচৈ
নোংখোঙ ফুইনা চুখিদো ।
মোইরাং লৈপাক পূম্নমক
অরা নুংঙাই যান্নখি ।
ঙসি নোংজা সিদদি
অরা নুংঙাই ওন্নখ্রে
কোরৌ থক্তা খাল্লম্বা
'মুবা লৈচিল তাকথরে
যাইফরেনগী য়োয়মযাই
তরং তরং থোরক্লে ।

চীংথৈ - অতুগুম্বা অহীংদা

পারা 'বুংঙো অপিখক
চঙফা ফাখি খোয়ুম্না।

**ওকচীল্লাকপা—** খোয়ুম মানা নত্তেদো।
ননাও ইবেম্মা অমদি
তোলোংমাগী শরৌনি।
তাইবংশেম্বা খোয়ুম্না
মাগী তাইবং থৱায়বু
লেম্না মাঙহন্নীংদেদো।

**চীংখৈ—** অঙম্বা!

**ওকচীল্লাকপা—** অনীমক্কা শরৌ-শিল
লৈমা কোনগী লৈমানা
নপারৌবু তোলোংদা
হাৎননবা শিন্নখি।
তোলোংখোম্বা মহাক্না
লুৱাঙ লল্লোই ফৈজাওদা
নজা 'বুংঙো থৈদোকখি।

**চীংখৈ—** মাডুমক্না অঙম্বা?

**ওকচীল্লাকপা—** তাবিখোনে ইনিংথৌ!
লুৱাঙ লাল্লোই ফৈজাওনা
'মম্বা অচৌং অদুদা
লম্খেল লম্মুক্কদুনা
লুৱাঙ লমদম শেরান্না
লাঙ্গোই খুদুপ খোৱদা
ঈথায় চাংজিন য়োঁখিদো।

নোংঙাল্লকপা মতমদা
চেন্‌ফম খঙ্‌লক্ত্রবদা
নপারীবু ফৈজাওনা
পামেল উরাং অমদা
হাইহৎলেদি হায়রগা—

চীংথৈ— ওক্লে—তোক্লো অঙম্বা,
মখা তাবিরগনু ।
থম্মোয় পুবা ঙমদ্রবা
অদুগুম্বা ঝাকমদো
অমুক তাহনবিরমু ।

ওকচীল্লাকপা— তপথবিখো ইনিংথৌ ।
ঈথায় মচা অমনা
ফৈজাও য়াইবি লৌদুনা
নপারীবু মুনখিদো ।

চীংথৈ— অওয়ব্রনে অঙম্বা ?

ওকচীল্লাকপা— অচুম্বনি ইনিংথৌ ।
শিরমদাইগী মতমদা
ননাই ওকচীল্লাকপনা
ফৈজাও মাবু থেংনজৈ
মরম পুম্বা খঙহৌই !

চীংথৈ— হায়য়ু তাসি অঙম্বা !
পারী করি ওইথ্রবা !

ওকচীল্লাকপা— নচা 'বুংঙো াইংলিনে ।

চীংথৈ— পারী মাবু হিংলিবা !
চৎসি অদু ওইরদি

মাবু লাংগোনবিরিবা
মাগী মখোঙ্ কোন্দুনা
পান্না মাবু নিজগে !

( ওকচৌন্না ইহুল পীরবদা )

তোলোম্বা — এবু লোইবা লৈমাবা
য়োল্লবদা কনবিয়ু
লাল্লবদা ঙাকপিয়ু.
নজা'বুংঙো য়োইহৈবা
ঐনা লাংগোঞ্জবনি । ( খুরুম্মি )

চৌংথৈ— পুকচেল চাউবা নঙোন্দা
ফিগাও শানা নিজরি
পারী মাবু পীবিরো । ( কোনথৎপি )

ওকচৌল্লাকপা— ইপুয় 'বুংঙো য়োইরেম্বা !
য়েংঙ মাঙ্দা লোপ্পবা,
নীপা গুইনা পোকপগী
চঙ্খোল্লবা শাহোনা,
মীগুইবগী মপোক্তা
লাইবক তম্ফা থিল্লবা
কেগে নোংরাং নিংথৌসে
নঙ্বু পোকপা পন্থোনি !
চৎলু, চঙ্লু হংগোইনু
পন্থো হায়না কৌহুনা
খুয়া খাদা তুজরু । ( ইনশিনবি )

( য়োইরেম্বা খর চঙশিল্লগা পন্থো কৌসি কৌঙমদা তিঙক্-
মায়ঙক্ লেপ্তুনা চৌংথৈদা অমুক য়েং ওকচৌন্দা অমুক য়েং—

লেপ্তুনা লৈ- চীংখৈস্ত পারী হায়না কৌঙমদে। লৈরোল লৈফা ওইনা "অসিবো, অসিগো!" হায়না তিঙক্ মায়ঙক লেপ্তুনা লৈ—ইকাইশেঙ্গোই লাংলবা য়োইরেম্বা, তোলোম্বগী মখোঙদা হাপ্পিলমে)

য়োইরেম্বা— ইপা'বুংঙো অপোকপা,
নবুক থোক্কী নপারী
য়োইরেম্ববু পম্বোনা
হুল্লানবিরবরনে!

(তোলোম্বগী মখোঙ্ কোন্দুনা কপ্পি)

তোলোম্বা— নিংথৌ মচা ইবুংঙো,
হৌগৎলুনে হৌনদে,
ননাইগী নাই ঐহাক্কি
য়াদ মতাং থোকপনা
পারী হায়না কৌদুনা
নঙবু লাংগোঞ্জবনি।

য়োইরেম্বা— নত্তে নত্তে অপোকপা!
তাইবংপান্না নহাকপু
ইপা নত্তে হায়র'স্থ
পম্বো ওইবা নহাক্কা
ইচা নত্তে চেল্ল'স্থ
লাইবক থীবা ঐনদি
ইপা নত্তে হায়থ্রোই।
লমল! পম্বোগী লম্মল!
মপোক ক্লাংঙোল লিশিঙ্গা
শিংঙমদ্রবা লম্মন্নি।

তোলোম্বা— নিংথৌ মচা ইবুংঙো,—
করি লম্মল ওইগনি !
কেগে লৈপাক মমাঙ্‌দা
নিংথৌগী স্না মাঙ্‌সিদা
লোয়া মচা ননাইবু
পম্থৌ মিংগোবিবনা
নক্তা'বুংঙো নহাক্কী
শিংঙমদ্রবা লম্মনবু
এৈনা তোল্লবনিনে।

ওকচীল্লাকপা - লাল্লি এৈনা লাল্লি।

( হায়দুনা য়োইরেম্বগী মঙক্তা শিবা লীক্লাং, লোথোক্তুনা চীংথৈদা পীরে )

ওকচীল্লাকপা— স্না মীৎয়েং তাবিসি
লীক্লাং পয়েং অসিবু
কনাগীনো যেংবিয়ু।
নমা'বেম্মা লৈমগা
অরোই' য়াথং তাদুনা
ননাই পিদোন্নবাবু
থাদোক্লগদাহ মতমদা
নিংথৌগী স্না থুত্তুনা
লমজা ঙক্কা হুকখিবা
মপুয় লীক্লাং নত্রবা !
মপায় কোহরেন ময়াদা
মাগী য়াইবি মাঙলমদাই
মপারী শকখঙগৌনবা

মচায় ঙক্তো হুরুম্বা
লীক্লাং অদু নত্রবা।
অসি খিবিক মথক্তা
মথবাক্তা ঙাল্লিবা
ঋঙ্গা নুংদুম শায়বা
শমত্রু অঙ্গম লৈোয়সে—
স্না মিংয়েং তাবিসি।
(হাইদোকহুনা উহল্লি)

চীংখৈ— মানি, মানি! মাহুান!
মাৎকী পিনা য়াখৈনা
থম্মোয় থম্মোয়শিননা
পিদোন্নুদা হুকখিবা
নগী লীক্লাং অদুনি।
পিদোন, নঙবু কৈদৌরি
কোয়ৌ নাংথোঙ হাংদুনা
চীংখৈ ঐনা পোকচবা
পারী তোম্পোক যোইরেম্ব
নমীৎ পেন্না য়েংজয়ো।
পারী ইবুংঙো নহাক্না
পন্থো উরমল্লদা
ফৈরা তন্না ইপাগী
চেনশিল্লক্কি বসিবু
লাংগোনবিদে হায়দুনা
য়ারোনরা ইপাবু!

য়োইরেম্বা— নত্তে নত্তে, নিংথোগী
নচা নত্তে ঐহাক্তি।

ঐগী মাঙ্দা লেপ্লিবা
লোয়া লমজা অসিনা
ঐবু পোকপা পন্থৌনি ।

তোলোম্বা— মানি নহাক ইচানি ।
লৈখা তাহৈদরবা
স্না য়াথং ওাক্তুনা
মপু খূয়া কেন্দুনা
পন্থৌ হায়না খূরুমজৌ ।

চীংখৈ— লাওনে, মপা নীংলবা,
পুকচেল চাউবা নহাকপু
পারী হায়না কৌহুনা
কোঞ্জরগা অমুক্তং
মচা পোক দরব
লাইবক থীবা চীংখৈবু
ফংজবগী ঈপাক্তা
অমুক্তদি তাউহল্লু !

(চঙশিন্দুনা মচাবু কোনবী —মপা মচা নুংশিনবগী ঈপাক্তা অনীমক তাউমিন্নৈ। ময়াম হোচিচল্লকই)

ওকচীল্লাকপা— য়াইফরেল য়াইফবা
চীংখৈ নিংথৌনা—

খরনা— য়াইফরে ।

ওকচীল্লাকপা - মজা'বুংঙো তোম্পোকপা
য়োইরেম্বনা --

খরনা— য়াইফরে ।

চীংখৈ— লৈপাক পুম্বা তাবিয়ু
ঙসি নোংজাসিদগী
য়োইরেম্বদা শিন্নয়ে—
ঐগী নিংথৌ খুবমসে।

য়োইরেম্বা— স্না নোংদম হামল্লি।
মতম খন্নদংদদি
লৈপাক নিংথৌ অনীগী
থোগল ফংবা পীবিয়ু।
ঐন। তাজৈ অসূম্না
য়োইরাং লৈমা ইবেম্মা
ইনিংথৌনা ফাদুনা
লৈমাকোন্দা থম্লী হায়।
থাদোকপিয়ূ ইনিংথৌ
তাইবং মীয়োল খঙেঙদৈ
মমা ওইবী অমগী
চানবিববু ফংদ্রিবা
লাইবক থীবা ঐহাক্কি।

চীংখৈ— নঙগী পলেম লৈম্নিনে।
লাওনে, ইপা তাক্কেনে।
( য়ুথন ছন্ন হাইদোক[illegible] )ঃ
য়েঙঙু মুম্না য়েঙঙুনে!
কুইনা তাম্নরক্লবা
মপা মচা অনীনা
শক খঙনশাউদা
হয়াও মোমোন নোক্লিবী;
মপু য়োইবৈদমক্তা

খোল্লাং মায়োক্লরিবা
মথান্নুংগী মপান্নী
মথাদগী শেত্তুনা
য়াইবি মাওবা ঙমগ্রবী
নীংথিজবী শক্তমসে
পান্নী নওবু পোকচবী
পিদোন্নুগী চেংলৌনি।

য়োইরেম্বা— সনায় শক্তম! অসিবো!
ঐবু পোকপিরম্লবা
পলেম মাগী শক্তম্না!
পলেম নওদি অপোকপী
তাইবং হকচাং পুরিবা
মিরেল মাদি য়াওদনা
সনাতনা শারবা
শক্তম ওইনা লৈরি'বু
মমা হায়বী অসিদি
শিদ্রিফাওবা মচানা
থম্মোয়ন্নুংদা লাক্তোবা
লাইরেম্বীনি তাকপোইকো।
পলেম! পলেম!
( লৈমাইথক্তা হাইথখি )

চীংখৈ— হা হা হা হা হা!
তাইবং শেম্বা নহাক্তি
থৌদো অসি উরগা
হন্নাও-নুংঙাইরিন্নিদো!

তাইবংপান্না কপ্পবা
খোয়ুম নওনা নোক্লবা !
হা হা হঃ !
চিঙ্ নঙ্গী খৃৎশোন্নি ।

( লাম্মী অমা চেল্লকই )

লাম্মী— ইনিংথৌ !
নচা 'বুংঙো য়োইরেম্বে
য়াইফ খোল্লাগ তাবদা
ননাও বেম্মা চেনখরে ।

য়োইরেম্বা — মোইরাং লৈমা চেনখ্রবা ।
চৎলু চৎসি লাম্মীশা
মায়কে তরা হাইড়না
পলেম মাবু পিরুসি ।

( চীংখৈ নত্তনা অতৈ পুম্নমক লোইনা চেনখি চীংখৈনা পিদোন্নুগী শঙ্গী থোঙ শিংজিল্লগা চৎকে হায়না খোঙথাঙ অমা অনী থাঙলক্লবা মতমদা য়াঙবী লৈমা হুলীক্লি অমা পায়দুনা চেল্লকই )

য়াঙবী লৈমা— লেংবিখিনু ইনিংথৌ ।
নঙ্গী নাংথিজরবা
মিহৌ-নিকাজরবা
খোয়দাজবা শক্তম্বু
থম্মোয়নুংদা চেৎনা কোল,
ইমাং অনীমকসিনা
পাম্মু পাম্মু থমজবা

মুংশি মুংশি য়েংজবা
নঙ্গী মায়খোঙ থাজবু
মিতা মিতা য়েংদুনা
নঙগী নখোঙ্ খুয়াদা
কচ্চরগে থব্রায়সে।

চীংখৈ— ইচন, ঐগী চাঞ্জবী!
(চঙশিল্লকই য়াঙবী লৈমা হন্দোকই)

য়াঙবীলৈমা— মদুয় মতম নত্তরে।
নঙগী পুকচেল হোংদ্রবা,
নঙ্গী রাশক চেৎলবা
ফিদমনিংঙাই ওইরম্সু
থম্মোয়দুদি কন্মল্লি।

চীংখৈ— ইচন নঙ্বু তপথখো।

য়াঙবীলৈমা— চহী তরাতরুকপু
নখোঙ্ খুয়া কোন্দুনা
মুজা ওইবী ঐহাক্না
নঙ্গী লেপ্পা লৈত্রবা
মুংশি ঈচেল ঈরাবু
ঈখৌ লাংনা নৗজ্রকপা,
অদুগুম্বা ঈচেনগী
ঈরী মরীক অমা ফাও
পিথকপিবা ঙমদনা
পোকঙমদ্রবা মপোক'মা
অরেম্বদা মাঙ্লেদো।

চীংখৈ— ভাইখো ফিংগৎখিগনু।

নহাক ঐগী ইচন্নি
ঐনা নঙ্বু মীরায়দে।
য়াঙবীলৈমা— তাজনীংদ্রে তোকপিয়ো
অদুগুম্বা ৱাঙাঙদো।
হন্দকমুক্কী মপোক্তা
ঐনা নঙ্বু তানবগুম
হয়েংমুক্কা মপোক্তা
নঙ্না ঐবু তল্লুকো।
মতমদুদা য়োইহৈবা,
চরাম্নবা নহাকপু
তরাম তরাম ওক্রগা
লৈজ পৃম্বা কত্তুনা
নঙগী ঐগী মীনুংশি
চাংদম্নসি মপুংশী।
লৈবিহৌয়ো, পালহৌয়ো
নঙুঙলাংগীদমক্তা
লাইবক থীবী ঐহাক্তি
নীংঙমদনা লোম্লগে।

( তায়দুনা হু থক্তুনা তুথখি চীংখৈ হোৎচিন্দুনা )

চীংখৈ— ইচন, ঐগী চাঙ্বী!
মুংশিজরবী ইচন ও!

( হোৎচিন্দুনা লাঙ্গীকয়ে— য়োইরেম্বা কৌনা কৌনা চেল্লকই )

য়োইরেম্বা— পলেম, পলেম! অপোকপী।
মাঙলেদনা ঐহাক্তি

( চেনশিল্লকই )

য়াঙবীলৈমা— ওঃ! ওঃ! ( ফ্রুৎ ফ্রুৎ ওল্লি )

য়োইরেম্বা— অরেম্বদা তারেনে
মপী লৈত্র' মচানা
পলেম ফংজরনি নীং
মীৎকৃপ 'মগী মন্নুংদা
খুৎনা নোংদোল লাম্লম্বা
অরেম্বদা তারেনে।
( মীয়াম পূম্বা চেনশিন্নরকই )

য়াঙবীলৈমা— হুঁ হুঁ! য়োইরেম্বা।
শিরনিবু খণ্ডুনা
চীম্বান খোইহি তৈবরা!
অদুয় শরুকপুদিনে
শিরমদাইগী মীৎকুপ্তা
নঙগী লম্মল শিংজহৌ।

য়োইরেম্বা— মাদুনিনে পলেম-ও,
লোন্নবীগী লোনচত্তি।
লোন্নবী মচা অমবু
মাঙননবা শিনবদি
পলেমতনা নম্ভেনে।
লোন্নবী থৃদিংমক্কীনি।
পলেম্বু মুংশিজন্নবা
নীংজরিবা পুকচেনসে
খণ্ডবিরম্বা থোক্লব'দি
ঐবু হাৎকে হায়দুনা
তেমশিংলয়োই পলেম্না।
তাইবং মীগী লমচত্তি
তাইবং মীগী পুকচেম্নি।

য়াঙবীলৈমা— চুম্মি, লাল্লে ঐহাক্না
পুকচেল চাউবা নহাক্কী
শেংজন্নবা পুকচেল্না
লৈপাক নিংথৌ চঙহুনা
চুমথোকপিবা ঙমদ্রবা
ঐগী পুকচেল ঙসিদি
শিন্নমদাইগী মীৎকুপ্তা
লায়না চুমথোকপিরবে।
ঐগী ইন্নাল অপুম্বা
ঙাকপিয়ুকো নহাক্না।
ওঃ—! ওঃ—!

য়োইরেম্বা— পলেম, পলেম! কৈদৌগে।
অমুক্তদি থূমখোনে।
মীয়োন খঙঙকদৈগী
কনাগুম্বী 'মতনা
পান্নী কৌবিরক্ত্রবা
নচা লাইবক থীববু
অমুক্তংদি অপোকপী
পান্নী কৌবিন্নমখোবা!

য়াঙবীলৈমা— পুকচেল চাওবা নহাকপু
ইচা ওইজরুবনা
লানঙমদ্রবা নম্মা ঐ
অন্নাল থূবম ঋংদোন্নে
থম্মু লৈপাক য়োন্নগা
পান্নী নঙবু পোকচবী
ইচেম মাগী মখোঙকোল

ঙাকপিনবা নিরুগে।
লাইরেম্পাক্তা লৈদুনা
লৈচীন ফিজঙ হাংললগা
নমা অনী চঙদুনা
পারী নঙবু শেনগেকো।
পারী—পারী 'বুংঙো লৈহৌরো।
( মচাবু চেৎনা কোনশিল্লগা য়াঙবীলৈমা তুথরে )

চীংথৈ— মোইরাং লৈমা লুবাংলোন!
নহাক ঐগী লৈমনি,
য়োইরেম্বগী মমানি
ঐগী ইরাল ঙাকপিয়ু।
(হায়দুনা য়াঙবীলৈমবু কোনখৎলি )

য়াঙবীলৈমা— পেল্লে পেল্লে—সুংঙাইরে!
ইচা পোকচবদগী
ঐনা নীংবা থুংজরে।
পাল—হৌ—রো!

য়োইরেম্বা— পলেম, পলেম, অপোকপী!
( মখোঙ কোন্দুনা তুথখি।)

---

# ৪শুবা উংপা

## চীংখৈঙানবীগী মরানয়ায়

**মফম**—পূকত্রী মপান

**মতম**—অহীং

অকোয়বদা হৈপাল লৈপাল—শেংদোকপিদবা মরম্না উরী রারীশিংনা হৈপাল অমদগী অমদা লাম—লৈপাল অমদগী অমদ-তম কোয়য়েং য়েংশিন্নদুনা মফম অসি মচী মচী খুদিংদা মংলপ তৌনা থোকই। অহুবু হৈরাঙ লৈরাংদি পান্দবা শাৎতবা নত্তে—উনারক্তা ভাঙনা ভৌনা শাৎলি, পাল্লি। খোম্থাং য়োম্বা চম্বিলোংনাং, কৌজেং হারোগী মখোন্না ইনীন নীল্লি। মারল চনবা তুংনি। নিনমাংগী থাজনা রাত্তোন লানখৎলক্লে নুরা চীংখৈঙানবীনা কবোক্লে মখোঙদা লেপ্তুনা ইশৈ শক্লম্মী।

### ইশৈ

(১)

কৌরুদনা পাইরকপা,<br>
ভাঙলুদনা হৌরকপা!<br>
লৈখোঙদদা তাল্লুম্বা!<br>
লৈরোইনবা হা খোইমু।

(২)

থাবাল নাইনা শাৎপী লৈ,<br>
ঈয়ায় চোনবী থম্বাল্লে!

পাম্মু খুদোল তমজবা
চিনবিয়ুকো লৈ-পাম্বা।
(শমৈরাংবী চেল্লকই)

শমৈরাংবী— ইতা হায়বী নঙবুনে!
চীংখৈঙানবী— করি পাউনো ইতারোই ?
শমৈরাংবী— আ, ইনীং থুংলে হায়সিরা,
অরাবব কৌসিরা
কমদোদোনো খঙদ্রেদা।
ঐহাক লুহোঙদোরেদো।
( মখদাঙদা মথুং শোদুনা শূকখৈ )

চীংখৈঙানবী— হি হি! অঙইব্রা ইখোইনৌ?
কৈদোঙৈনো হায়য়ুনে।
শমৈরাংবী— মাইদা ইতা নুংনাংঙি।
হয়েং অয়ুক হৈজবোং
নুংথিন্দনা লুহোঙবা
হিংলাক হিংজিল থোক্কৌরি।
চীঙখৈঙানবী— কনাদনো ইতারোই ?
শমৈরাংবী— ঐহাক্কদি নীংজবা
মপূক্কীংদি খঙদবা
পাখঙ অমদনিদা।
চীংখৈঙানবী— কনানোনে অতুবু ?
শমৈরাংবী— কোন্না খঙলকনিদা।
চীংখৈঙানবী— হায়দোকপ-ফাও পাম্মুবো ?
শমৈরাংবী— পাম্মুই, পাম্মুদদিকো! পাম্মুদদিকো!

চীংখৈঙানবী— ঐস্বুনেদো চান্নবী,
ঐনা নীংজবগুম্না
মহাক্নস্থু নীংবিবা
পাখঙ অমা থাক্নে
পামিন-শিমিন্নবা
য়ারেপ য়াচা-নখ্রেদো !
মাস্থু লোগে মহায়বি
ঐস্থু লৈগে ময়াক্তে।

শমৈয়াংবী— মহাক্তু দি কনানো ?

চীংখৈঙানবী— হায়দোকপদা হংগোইদা !
য়াইফরবী নহাক্তি
মপোক লাংঙোন ফবনা
অচৌ কোন্দা পোকইদো।
পলেম পম্থো অনীগী
মপাল মচুম চাদুনা
ননীং নথা তম্মীদো।
ঐদিনেদো ইখোইনো
লুখ্রাবীগী লৈকোন্দা
য়ানা নংনা শাক্চবী
লাইরু-লমজা মচানি।
মপোক লাংঙোন থীরবী
ঐগী পুন্সি অসিদা
নীংজরিবা অমা ফাও
থুংলক্তেদো ইতারোই।
নীংজরিবা 'সিদদি

থুংজনবা ইতানা
লাইনিংপরৈ চেৎপিয়ু।

শমৈরাংবী— খোয়ুম মানা কুবিস্নু।
এনা ঙম্বা মখৈস্থ
ইতায নতেঙ পাংগনি
লৈবিহৌয়ো চৎলগে!
থিরম্লনি পন্থৌনা,
লুহোঙবদি য়াওবিয়ু।

চীংখৈঙানবী— যাওনি ইতা য়াওজনি।
ঙাইহাক্নস্ত মঙাইখো
ঙসি অসি মঙায়রে।

শমৈরাংবী— ফাখিনিবু নীংবরা
পুনখিনিবু কিবরা
খুবৈ'মতা থোকহল্লে।
থিরমদবা থোক্লগা
চিঙৈ অমুক মরাক্নে।
চলে ইতা, ঐ চৎলে।

চীংখৈঙানবী— নশক্তদি তাক্লমখো
পাম্মু পোৎয়োল ওইনা তৌ,
পন্থোকপা ফাও পাম্মুবো।

শমৈরাঙবী— পাম্মুয়, পাম্মুদদিকো।

চীংখৈঙানবী— পাম্মু পাম্মু তারুম্মু
মিহৌজগে কৈদৌগে।

শমৈরাংবী— মীতোপ মীরাল নত্তেদা,
লহান্‌রাইনা মীচম'চা

হৌজিক্তনা নিংথৌ'চা
য়োইরেম্বনে য়োইরেম্বা।

চীংখৈঙানবী— য়োইরেম্বা !!

শমৈয়াংবী— হোয়নে হোয়নে মানিনে। ( চৎখি )

চীংখৈঙানবী— য়োইরেম্বা !! ইস—!

( হায়দুনা নীংবা কায়বগা লোয়ননা ভুরোই ভায়োই চৎলি—লৌ-মাভনৈ—মমীত্তা মপি শিন্থে—মুংশা মপী হোল্লি। ওঃ! ওঃ! হায়রম্নগা মথুং অনীনা মকোক পায়দুনা মযুমলোমদা মমায় ওল্লকই—য়োইরেম্বা লাকই )

য়োইরেম্বা— চীংখৈঙানবী ভাইখোনে,
চীংখৈ ফিদুপ হুন্নবা
লাক্লে নঙগী য়োয়ময়ায়।

চীংখৈঙানবী— ( লৈথোকই )
ওঃ! ওঃ! চৎলো নঙ চৎলো।

য়োইরেম্বা— কৈদৌরগে নহাকপো
লাকচবিবা য়াওবরা ?

চীংখৈঙানবী— চৎপিথরো চৎপিরো।
ইনাক্তগী থোকপিখ্রো। (চৎখি)

য়োইরেম্বা— ভাইখো তহা-নখিমু
ঐগী পাওমেন ভাখোনে।

(মতুংলোমদা লেংজুম অনীদা পায়দুনা ...)

চীংখৈঙানবী— থাদোকপিয়ু শোকপিমু
চঙরিরুকক্কম থোক্লে নঙ।

( কেৎ হাইদোকই )

য়োইরেম্বা— ( শাওরপ্না )
ভাইখো চীংখৈ লেপখোনে !

( হায়রগুম্না অমুক ফায়, শমৈরাংবী লাকই। উৱমক্তদা থাই লাওই। লৈশিন্দুনা উক্তন্দনা য়েংদুনা লৈ )

চীংখৈভানবী— ঐহাক লোইমা খঙজরে
নহাক অকন-অথৌনি।
লুৱাঙগীলাল ভমদুনা
পজেঙ ঙ্কিয়াল থংলেদো।
অচম্বসু নৎলমদ্রে
নিংথৌমচা ওইরম্লে।
ঐনা নীংজরুবদি
মচা নত্তে নিংথৌগী
ইশুং ইমাগ্নবা
তোলোম্বগী মপারী
লৌয়া য়োইরেম্ববুনি।
চৎথোকপিখ্রো চৎপিখ্রো
মতীক চাবী মচ্চদে !

য়োইরেম্বা— ভাইখো, ফিংগৎথিন্নুনে
ঐগী পাওমেম তাখোনে।
মক্তবু থাগে হায়দেনে

চীংখৈভানবী— তাজনিংদ্রে করিস্ম
খোইমৌ মাগী মকাদা
লোয়রঙ-শিঙখোও ওইজয়োই।

য়োইরেম্বা— শাউথিন্নুনে নহাকপো।
“ইচা ইশু অনীবু
করম লোনহন্দগে”

হায়না য়েচ্চৈ ইধৌনা।
"মরুপ মচা হায়সিদি
লৌন-লৈন ঙাক্তনি।
ঐগী ইচা অসিনা
নঙগী নচা লৌরগা
লম্মনশিংবা শকচগে"
সনা য়াথং অসিনা
লেঙদবা-চুক ওইথিদো।

চীংখৈঙানবী— ওইনিংবদা ওইবিয়্
ঐহাক কৈস্ু য়েৎচদে,
য়েৎসু য়েৎচনিংজদে।

য়োইরেম্বা— চীংখৈ নঙ্‌বু তাথোনে—
অসিগীসু মথক্তা
হায়থরকই নিংথৌনা
শমৈরাঙবী হায়বীসে
ইবেল ওকচীল্লাকপীগী
ইতোল তোনবা মোপ্‌্না
পোকই হায়বা রাফমসে।
মাগী ইপাল মনুংদা
মাবু পোকপী পলেমগা
নৌনা কায়নখিবনা
ইবেঙ্কৌনা মহাকপু।
নাউয়োক নাউকোল্লকপনি
লৌন-লৈন ময়ানৈ।
অসি ফাওবা হায়দোকখি।

**চাংখৈম্ভানবী—** ফরেঙবু কৈদৌগে
অনীংবদু থুংবিরো।

**রোইরেম্বা—** ঐগী রাফমসিদদি
মপুং ফানা মতাখো।
ইমা হাক্তক্তগীবু
ঙাকপি শেনবিরক্লবা।
মপোক লাংঙোন তরেত্তা
মাগী লম্মল, তৌবিমল
শিংবা ঙম্ররোইদৌবা
ওকচীল্লাকপা অঙম্বা;
য়াকা'মতং শোয়বদা
খোঙ্থাঙ 'মতং লামবদা
নাউয়োক নাউকোন্দবনা
উশিংতবোই খন্দুনা
মবুক নুংশিখিদৌবা
কেগে নিংথৌ লৈমাবা;
মালেম লৈকোইবুংসিনা
নাম্মা য়ারা ফাওবদা
মানা হেন্না লুম্লবা
ইপী-ইপা শক্তুনা
লাংগোল্লকপা তোলোম্বা;
খোয়ুম মক্কা মান্নবা
মীকোক অহুম অসিগী
লেঙহৈদ্রবা য়াথংনা
ইকোক থক্তা ননবমা।
(মথা তাবা ঙমদনা ইকৃঙা-ইকৃঙা তৌদুনা লৈ)

চীংখৈঙানবী— ম্বাম্বেপ বা-চা-নম্ববী
ঐবু থাদোকপিম্বগা
খোয়নৌ শমৈম্বাংবীগা
লুহোঙ্গনি অসিরা ?

য়োইরেম্বা— মানি।

চীংখৈঙানবী— মানি !

( হায়না শাওম্বংননা হায়রম্লগা ইকাই নুংশি য়াম্নদুনা নুংবংননা নুংশা মপী হোন্দুনা লৈখি।

য়োইরেম্বা— ঐমা নঙবু নীংবগুম
ঐনা মাবু মনীংঙৈ।
হুল্লাননীংদবদগী
মাবু হয়েং অঙ্গমক
লুহোঙগদোরিবনি
নঙবু ঐনা থাদোক্লোই।

চীংখৈঙানবী— হোঙঙু ! মাবু লুহোঙঙু।

( হায়দুনা অফ-ফওগী বাখল তৌদনা ইকাই নুংশি য়াম্নখিবদগী হোচিন্দুনা য়োইরেম্বগী মখজাই ওইথংবদা খুবাক্লা কম্লা থারে। য়োইরেম্বা মোনোন নোক্নুনা নুংশিবগী মীৎয়েংনা য়েংদুনা লৈ। য়েংথংবা মখজাই পায়দুনা অমুক্কা থাখো হায়বগী মবোংদা লৈ। চীংখৈঙানবী অঙকপা অমসুং অকিবনা লাকহৎখিদুনা মশা পূম্নমক নিক্তুনা ঙক-চা-ননা য়েংলম্বদগী।)

চীংখৈঙানবী— ইবুংঙো !
নিংথৌমচা ইবুংঙো !
(হায়দুনা য়োইরেম্বগী মখোঙদা হায়খি)

য়োইরেম্বা— চীংখৈ ! চীংখৈঙানবী !

(হায়দুনা চীংখৈঙানবীগী মকোক ক্ষৈবোমদা মোন খাওইহল্লি—হয়াও নুংশি মীনোক্কা লোয়ননা নানবী। মাসি উবদা শমৈরাওবী নীংবা কায়বী ওইরদুনা মকোক্কা মথুৎ হাপ্পুনা চেনখি )

---

# ৫শুবা উৎপা

## ওকচীল্লাকপগী মরানয়ায়।

**মফম**—নিঙ্গোল কা

**মতম**- শনগারকপা মতম

মপান্দা লুহোঙগদোবগী ইনিন নিল্লি। মী লাকথোক লাকশিন তৌবগী "চঙবিরকউ লেংশিল্লকউ, অসোমদা অসোমদা, খুদা পুরকউ, হা অদু তৌরকউ" হায়দুনা পুম-নিল নিল্লি। কয়ানা হয়াওনা নোক্লি, বারি শারি, তরাম্না কৌশিন্নরি। অমুম তৌরিঙৈ মতমদা পেৎনুনা মবেম্মা শমৈরাংবীগী ফম শেমজিল্লি, কম্থোক্লি—শিৎ-নান্দুনা শেয়্লি। পেৎনু ইশৈ শক্লকই।

### ইশৈ

১

তাইবংপানগী তাইবং ও !
কবিগীনো তাম্নয়োনবা !

পোকপা শিবা পাম্নবা
মীনা শীনবা ঙম্বরা !

২

থম্মোয়তনা মখাঙবা
লাইবক মানা মনেম্বা
তাইবং মীগী মপোক্নি
অমম অঙাল খোঙলোয়নি ।

৩

তাইবং মানা অমা নীং
নোংদম নানা অমা তম
খোয়ুম মাগী নোংদমখোল
তাইনা ঙমদে তাইবংনা ।

৪

নোংদোল পক্না খঙ্গকুই
নোংদম খোন্না মখোন্থে ।
হাদা লাইবক, হা লাইবক,
লাইমা লাইনা লাক্লেদা !

( ওকচীল্লাকপা চঙলকই )

ওকচীল্লাকপা:— হায় হায় পেৎনুবী ।
ইমোম নঙবু তাব্রহে ?

পেৎনু— তাকপিয়ুদা অপোকপা ।

ওকচীল্লাকপা— মীয়াম অসি লাকপগী
হীদাক লাংথক হান্দনা
নিঙেঙাল কাদা কৈদৌরি ?

পেৎনু— নিঙোলশিংগী খোইদা-কা
নিঙোল কানি অপোকপা ।

নমোম 'বেম্মা মহাক্না
পোংলোয় থোনবা লোইমগা
নুহোঙ লেঙথোক্লমদাইদা
ঙাইহাক পোথানীংবরা।
থাদোক্লনি হায়দুনা
নুংশিদনা তৌবরা,
কন্থোক্লুচো হায়দুনা
কন্থোক থোক্তোকচবনি।

ওকচীল্লাকপা— আ—কন্থোকউ কন্থোকউ ( য়েংশিল্লগা )
পোংলোয় শেংপা লোইরব্রা?

পেংনু— অহোয়, লোইরে অপোকপা।

ওকচীল্লাকপা— হোংনৌ হোংনৌ ইবেম্মা,
মপূক নুংশিহনগনু।

( চংখি—পেংনুনা ফম কন্থোকই। শমৈরাংবী চিগোংলৈ
াচোম অমা য়েংল য়েংলদুনা লাকই )

শমৈরাংবী— পেংনু নঙবু য়েঙঙুনে—
চিগোংলৈবু কৌজবী
পুম্নমবী লৈরাংসে
করম তৌনা শাংলকই?
শৌরাং শানা তিংখংনা
লৈরাং লৈপাল হোরকই।
শৌয়োম্নবা উশাদা
'থৌবা তিংখং কারক্তা
লৈরাং লৈমি তমদুনা
থুদোংথীবা মফমদা
লৈশাং য়োনা শাংলকই।

করি তাক্লি অসিনা
অম্না-অনা মৈরক্তনা
খুদোংথীবা তাক্তনা
চয়োম শানা য়োক্তুনা
কুপ্তনা তাইবং লাংকমদা
তাইবং মীসু পোক্লকই।
অম্না খুদোংথীবসু
নমছুৎতুনা লৈরাংনা
লৈশাৎ য়োনা শাৎপগুম
মীওইবসু অতুতাই।

পেৎনু— হৈমা কৈনো ইবেম্মা,
লুহোঙলমদাই য়োত্নুনা
ইপঙ পঙশিল্লক্লেনে।

শনৈরাংবী— ঐহাক্তিনে ইখোইনো,
লৈরাং অসিগুমছুনা
কল্লক য়েংথি মমাঙদা
অকল অরেং শিল্লুনা
অরা খুয়ৌ চন্দনা
শাচ্চ-পাপ্পনীংদবকো।

পেৎনু— ইবেম্মনী রাপুদো
লাইমা তয়োম্লরেকো।
পোক্লকপনা অচৌ-কোল
ওঙদোবরা নিংথৌ-কোল
লোইরাং লৈমা শুইদুনা
খান্দোখিবা পুক্লিসু

অমা খুবৌ চনখিদ্রা-ও।
য়েক কলঙ্ক চন্দনা
অমাঙ অতা মংদনা
পাম্ন-শাম্ন-পাম্নবা
শোয়োম্ননা ভিংখংনা
খাৎলক্লিবী লৈমাংনি।
ভিংখং শোরাং কিবনা
পাদেল থক্তা খাৎলিভে
য়েক্লখদি হাঁয়রুম্ন
থোইমু ফাওব ইনবিদে।
নাচোম ওইনা শেম্লদি—(ইশৈ ওইনা)

ইশৈ

( হা চিগোংলৈ ! চিগোংলৈ !! )
নাপ্পা তাবী নাচোম লৈ !
শাইগী মতেং পাংন-লৈ।
মোম্নুই মাক্সথোঙ ভাম্ন লৈ !
মাঙ্গা মায়োক য়া-ন লৈ।
খুকুং তাবী শমজি লৈ !
মোম্নুই তুংয়াল মপুং লৈ !
মাঙ্গা মীৎয়েং লাক্ল লৈ !
থংলেন থবায় লোক্ল লৈ।

( বাখলনা লাকহৎখিবনা পেৎমুগী মরমদা থৌ-বা ওইদে মুম মুম শোন্দুনা লৈ )

শমৈরাংবী— পিশক পিক্লিভৈদগী
কৈরোইমদা লৈমিন্ন
লৈকাইমদা লাংমিন্ন
অবা-মুংছাই লমজাডদা

হকপু-মায়পু-নম্বকপী
খোইনৌ ওইবী মহাকা
কল্লক মিহৌ মৈবায়না
পুন্সিসিমা তৎনবা
নুরা ঐনা ঙমজরোই।
মহাক লুখ্রা মচানি,
হরাও নুংঙাইরক্তি্রবী
পিদোল্লবী পুন্সিনি।
শমৈরাংবী ঐহাক্তি
ইপায় মপাল মচুম্না
শেৎনিং-চানিং বাত্তনা
ইনীং তম্না পাল্লকই।
মাগা ঐগা করম্না!

(রা ঙাঙদনা ঙকচা-ননা লৈখ্রে)

পেৎনু— ইবেম্মা!

শমৈরাংবী— চংলু, পেৎনু থীল্লনু
লৈম্রোন্‌শিংগীলক্তগী
ইতা চীংখৈ-ঙানবীবু
চিঙৈসিমক কৌরকউ।

(পেৎনু চৎখি—ওকচীল্লাকপা চঙলকই)

ওকচীল্লাকপা— ইপায় ইমোম চরৈহল।

শমৈরাংবী— তাকপিয়ুদা অপোকপা!

ওকচীল্লাকপা— আ—নতারোইশিং য়োররক্লে,
ইনিংথোস্সু লেঙঙক্লে।

শমৈরাংবী— অপোকপা।

ওকচীল্লাকপা— ঙাইহাক পুঙ্গোই মঙায়রে।
ইপায় পাওমেন তারোদো—
নপামদবু লৈরিবঙ
ননীং নখা তমদুনা
হাইনা হুন্না পাল্লিদো !
মীগী মকা য়োৎখ্রদি
লৈখা খোনবা তাউবগুম
নরু লুক্লা চৎনিদো।

শমৈরাংবী— অপোকপা !

ওকচীল্লাকপা— মীগী পোকৈরে য়েংদুনা
অহল লমন পেন্নবা
চৎতোবনি ইবেম্মা।
নুংঙাইতবা লৈরম্নু
নখা ক্রক চিকতুনা
খাঙদোবনি চরৈহল।

শমৈরাংবী— অপোকপা !

ওকচীল্লাকপা— ইপা পেল্লে নুংঙাইরে।

(চৎখি—পেৎনুগা চীংখৈঙানবীগা লাকই)

শমৈররাংবী— চৎলু লৈমোন ময়ামদা
হৈরাং লৈরাং য়েল্লুচো।

পেৎনু— ইবেম্মা। (চৎখি)

শমৈরাংবী— লাক্লিবরা ইখোইনৌ ?

চীংখৈঙানবী— লাকচরিয়ে ইখোইনৌ।

শমৈরাংবী— নহাক অসে ইতারোই।
পিশক পিকলিঙৈদগী
তিন্নরক্রবীনিদো ?

ঐদি নঙবু লুংশিদো।
জাওনখিবা কাউদনা
ইত্তায় নীংবা থুংনবা
ছিরী কল্লা কোল্লিদো।

চীংখৈঙানবী— ঐনা নঙবু লুংশিজম
ইতানদি ঐহাকপু
লুংশিবিনি থাজদে।

শমৈরাংবী— ইতা অদু ওইরদি
মা অমতা হংজগে
লোথুপ লোকোই লৈতবা
শেংনা থুম্বিরকউকো।

চীংখৈঙানবী— হায়দোকপিয়ু খুমজগে।
খোইনৌ নঙগী নকাদা
পূকচেল শেপচরক্তে বী
লমজা চীংখৈঙানবীনি।

শমৈরাংবী— ঐনা নীংজরিবসে
থূংহনগদ্রা ইতারোই ?

চীংখৈঙানবী— পূঙজা ফাজিল্লক্তরে
থুংগদবা কুইদরে।

শমৈরাংবী— পাওথোকপিসু অদোমদা।
ইতা নঙনা হায়বিখি—
"শানৌ পাখঙ অমগা
পানমিম শিমিন্নবা
শরী পন্দোম লোম্লরে"
শানৌদুবু কনানো ?

(চীংখৈঙানবী চমদ্রে)

পুকচেল শেপ্পক্তিং বীনি
খুম্মো কেদৌরবগে।

চীংখৈঙানবী— য়োইরেম্মনি ইথোইনৌ।

শমৈরাংবী— য়োইরেম্মা ?

চীংখৈঙানবী— লোইগী য়োইরেম্মবুনি।
নিংথৌ-মচা ইবুংঙো
য়োইরেম্মবু নত্তেদা।

শমৈরাংবী— পানমিম, শিমিন্নবা
তেমশিংনবা মহাক্কা
ইতা নঙগা থুংনবা।
ঐগী লাইনিং পরৈনি।

চীংখৈঙানবী— ইত্তা থল্লুরম্মুদা।

শমৈরাংবী— নত্তা ঐগী ইকাদা
য়েৎলোই হায়দি চুম্বরা ?

চীংখৈঙানবী— চুম্মি ইতা য়েক্চম্লোই।
লুখ্রা মচা ওইরম্ম
খঙজে মীগী তৌবিমল।
নতুং ইঙ্গবদগী
ইত্তা নঙগী পম্থোশ্না
লমজা মচা চীংখৈবু
মমোম্মক্লি খনবিদো :
কয়া চান্না লুনবু
লমজা ঐবু নীংবিদো।
শেৎন-চাননবগী
মৈত্তোন্নবু রায়রবী
লুখ্রা ইমা ইচাবু
থৃদাং পিতৈনহন্দে।

চাক্লিবীবু ওইদুনা
কোয়চৎনদোবদগী
ইতা নঙগী নপান্না
কৈরোই কনাই মকাদা
তরা চখোম অমা-ফাও
হায়োই হায়োই নিরক্লি।
খঙদবনা থোকপনি
ইরাল পূম্বা ঙাকপিয়ু।

শমৈরাংবী— খঙলে ইতা চৎপিরো—
চীংখৈঙানবী— ইতায় লুহোঙবদদি
যাওজখিগে কৈদোগে।
শমৈরাংবী— ঐহাক্কীদি য়াওরন্নু
নহাক্কীদি ঐ য়াওগে
চৎপিখিবা য়ান্নি।
চীংখৈঙানবী— করেম্নবিরন্নুদা। (চৎকে তৌই)
শমৈরাংবী— চান্নদি চৎখিন্নু,
লৈশ্রোনশিংগী মরক্তা
ঙাইহাক্তসু মফম্লু
কুম্মৈ য়েংখো কৈদোগে।
চীংখৈঙানবী— ফরে ইতা য়েংখিগে।

( চৎখি - শমৈরাংবী মওল মওল খল্লকই— মীৎয়েং অমতদা য়েংদুনা লৈ —শোর মপী হোন্দোক্লকই — মশা তনিক তনিকই, খাঙবা ঙমদ্রবা রাখন্না লাকশিনখিদুনা কপ্পা নোকপা য়াম্নখি। নুংশা শোর অমুক্তং হোন্দোক্লকপদা থবায় মঙা ফুক্কু মখ্রে। মতাগী মনীং থুংহল্লগে খনবনা শিববু কবি লৈতনা খল্লক্লে। মপাল্লোমদা অরোইবা মীৎয়েং লাক্কুনা

হুনা নীংবা কায়না য়েংলম্লগা কন্না চেনখ্রে —পস্তোগী লুথুমদা প্লাল্লিবা অরাম্বাই তেনজিন্দা তৈনবা থমলিবা হু উতোং লোথোকল্লুরে। ফমুংদা ফমথখ্রে — অকিবা পৈতনা থকচিনখ্রে )

শমৈরাংবী — ওঃ— ! ওঃ— !

( হায়রম্লগা হাইথখ্রে—ওকচীল্লাকপা, পেৎনু চেনশিল্লকই—হু উতোং উবদা)

ওকচীল্লাকপা— ইপায় ইমোম ইবেম্মা ,
করি মতৌ কৌবগে।

(ওকচীল্লাকপা কপ্লক্লে—পেৎনু মবেম্মবু কৌহ্না তেংথাহ্না কপ্লক্লে মপান্দা বা বা লাউনরক্লে।।

শমৈরাংবী— (মমীৎ পাংথোরকই)
ইপা 'বুংঙো অপোকপা,
নীংজরিবসিদদি
থুংহনবিয়ু পস্তোনা।

ওকচীল্লাকপা— ইচায় ননীং থুংনবা
ইপা লৈরি ইবেম্মা।

শমৈরাংবী— ঐবু নুংশিবিরদি
ঐগী মীৎয়েং মমাঙদা
নিংথৌমচা ইবুংঙো
য়োইরেম্বগা লোয়ননা
খোয়নৌ চীংখৈঙানবীগা
লুহোং পরৈ লাকপিয়ু।

ওকচীল্লাকপা— (হৌগৎলি—কপ্লি)
ইচায় নীংবা থুংনবা
মাবু ঐনা থিরুনি।
ইপায় লাংলেন ইবেম্মা.





করি ওইরসিগেনে।

মাঙজরে ঐ মাঙজরে,
ঐগী ইমোম চরৈহল
খারবা হু থক্লম্লে!

(কপ্পা কপ্পা চেনখি—ব্বা ব্বা লাউনরক্লে—য়োইরেম্বা চেনশিল্লকই)

য়োইরেম্বা— ওন্থোকইদা ইবেম্মা,
ব্বাখল লাইমা থেল্লিদা।

শমৈয়াংবী— নুংঙাইজরে—ঐ পেল্লে,
অয়োইবগী মীৎকুপ্তা
নীংজ শক্তম উদুনা
পোকচবগী কান্নরে।
ঐনা নঙবু নুংশিবা,
নীংজরিবা অসিগী
মমি খিত্তং শান্নবা
নঙগী থম্মোয় মনুংদা
তাজরম্বা পোক্লদি
খোয়নৌ চাংখৈঙানবীগা
শিংঙেল লৈরাং পরেংনা
য়াইবি লৈপুন্নবদো
মীৎয়েং ঐগী অয়োইবা
ওইহনবিয়ু নহাক্লা।

য়োইরেম্বা— নুরায় ব্বাখল হামল্লি
শানৌ পূক্লাং থেলমল্লি।
কৈখোক মদা লৈ অনী,
কৈখোক মদা হৈ অনী
শাৎমিন পানমিন্নহৈদ্রা?



ঈচেল কয়া কয়াস্থ
ঈপাক'মদা মতীম্নে।
নূম্বায় রাখল ওইবনা
মাসি য়োবা ঙমদবোই।

শমৈরাংবী— নুপী ওইবী ঐখোয়না
মাগী মপুরোইববু
মতোমতগী ওইনিংঙি
ওইহন্নিংদে অনীগী।
মাসি খঙদে নীপানা।

( নিংথৌগা ওকচীল্লাকপগা চৌংথৈ ঙানবীগা চেল্লকই )

চৌংথৈঙানবী— হতা! খোয়নৌ চান্নরোক!
লুখ্রা মচায়দমক্তা
য়াইবি মাঙলবরনে!

( চেনশিন্দুনা মতাবু কোউরে )

শমৈরাংবী— মতম নত্রে কপ্পগী
ঐগী নীংবা থুংহল্লো।
চৎলু, পণ্ডরগনু
নথংলেনগী মঙক্তা
অপাম লৈরাং হুক্তুনা
য়াইবি লৈরাং কৎলুরো।
শাবি শানৌ অনীনা
য়েৎকা ওয়গা লেপ্তুনা
নুংশি পরৈ লাকপদো
অরোইবগী মীংয়েংদা
শিন্থয়কপা ঈরানা

মুংশি যাখৈজরমগে।
ওঃ—! ও:—!

চীংখৈঙানবী— ইতা, ইতা চাম্নবী। (কপ্নি)

ওকচীল্লাকপা— ইপায় ঙানবী লাওনেহে,
নতায় মনীং থুঙনবা

( মমীত্তুনঃ মপি শিন্থে—চীংখৈঙানবীবু কোন্দুনা য়োইরেম্বগী মনাক্তা পুশিনখ্রে )

সে—ল্লো, লৈরাং পরেংসে। (পী)

চীংখৈ নিংথৌ— হূকউ লৈরাং পরেংহু।
কেগে চনু শেংলবী
নতায় মনীং থুংহল্লু।

( চীংখৈঙানবীনা য়োইরেম্বগী মঙক্তা লৈরাং পরেং হূক্লে )

শমৈরাংবী— কেগে নিংথৌ য়োক্টহৈবা,
নমো'বেম্মা ঙানবীবু
ফংহনবিয়ু লৈমা-ফম।

চীংখৈ নিংথৌ— লৈপাক পুম্বা তাহৌরো—
ঙসি নোংজা সিদগী
চীংখৈ ঐগী ইপারী
য়োইরেম্বদা কেগেগী
ফম্বাল ফম্লেন শিন্নরে।
নুজা চীংখৈঙানবীবু
যোইরাং লৈমা থিন্দোক্লে।

শমৈরাংবী— মুংঙাই য়াইফ পালহৌরো!
ওঃ-! তাই—বং-পাল!

( অরোইবা শোর তোনখ্রে — মপানা ফি চিংথত্তুনা কুপশিন-কুপশিন্না )

ওকচীল্লাকপা— ইমোম ! ইপায় চরৈহল !
সনা কোনফু কায়ত্নুা
লীক্লাং চোইনা কেন্দুনা
থবা ভাংলি তৎত্রনে ( ইচাবো ) !
মাঙজরে, ঐ মাঙজরে, ।
ইপায় ইমোম ইবেম্মা,
শঙ্গীক মতুং ইনখরে,
থবা মমৈ ব্রায়খরে !
ইমোম ! ইমোম ইবেম্মা !

( লৈমায়দা হাইথখি পূম্নমক অব্রাবনা মরু লৈদা লুকুখি— চোথে নিংথৌ লাউর লাউরত্নুা ফিনা য়োম্বা ময়োম অমা পায়-ত্নুা চেল্লক্লগা মাংগোল ময়ায়দা লেপ্লে )

চোথে নিংথৌ— ইপুয়'বুংঙো য়োইরেম্বা !
পলেম নমা হাৎপগী
লম্মল থুম্নি খঙদত্রা ! (য়োইরেম্ববু উরে)
শক্তমত্নুা ইমোমগী
কুচুত্নুা নিংথৌগী !
চঙখোল্লবা শাহৌনা
নঙগী শাবাল ওইরবা
পাথঙ নহাক নৎতরা,
ইপুয়'বুংঙো য়োইরেম্বা ?
থাবুম তরা নাউপুবী
পলেম নমা হাৎপগী
লম্মল থুম্লো লাউনেহে !

য়োইরেম্বা— ইমা হাৎপা কনানো ?
তাকউ, তনবা, মহাকপু !

চোথে নিংথৌ— লোইবি চীংদা তোংলবা,
চীংজুম লাইজ থরুবা,
ময়ু থকপা ঐহাক্না
নঙবু পোকপী পলেমগী
য়াইবি মঙা লোবনি।
লাক্লো, চঙশিল্লক্তুনা
মমোম হাৎপা ঙম্লবা
ঐগী লুরেল কল্লরো।

( য়োইরেম্বা মরু লূকথৈ )

ইমোম !
ইমোম নঙবু ইপানা
নোইনু মচঙ মঙীদা
উচান মচী থাউহিদা
চীদাক মচল চন্দুনা
কূমজা তরা মঙাসি
তীংলক্তুনা থম্লগা
নোংগাংদনা ইপানা
পেন্না পেন্না য়েংজকপা
ঙসি নোংজা সিদদি
নপারীগী মখূত্তা
শিন্নরগে ইপানা।

(চরৈ কিশি থোক্তুনা পিদোন্নুগী লুরেল মথুৎনা পায়খৎলক্লে )

হা হা হা হা হা।
ইপুয়'বুংঙো য়োইরেম্বা,

নওগী পলেম লাক্লেনে।
তাইবং হুকচাং য়াওদ্রবী
ইপায় ইমোম পিদোন্নু,
মচা মমৌ অনীবু
ওকচগনি হায়দুনা
লুরেল ওডনা লাক্লেনে।
(পায়দুনা হৌগৎলক্লে)
লাংলেন!
লাংগোঞ্জপা ফংদ্রবী
ইপায় লাংলেন চরৈক্লল!
হা হা হা হা হা!
তাইবং শেবাৎনরবা,
মালং খোঙগাওনরবা,
চোথে নিংথৌ চোত্রাথোক।

(হায়দুনা থবাক খুদুম শুদুনা তুথখি—য়োইরেম্বা ইওক ওক্লা য়েংদুনা লৈ—পিদোন্নুগী লুরেল উবদা চীংখৈনিংথৌ অঙাওবগুমথে )

**চীংখৈনিংথৌ—** (মুক্লা য়েংলল্লগা) পিদোন্নু!
লাক্লবরা নহাকপো!
নচা নমৌ য়েংনবা
মিহৌরবী, চঙখোনবী
শারোঙ শাবান য়াওদনা
লুরেল ওাক্লা লাক্লব্রা?

(মখুৎ অনী তিংথোক্লুনা অঙাওবগুম হোচিল্লক্লে)
লাওনে, চঙশিল্লকউনে।

থায়নগী লৈরাং লৈনুংশি,
ক্রুইর ক্রুইর নুঙেঙানবী।
মল্ল-মল্ল-খোয়রাংবী,
লৈরাং নঙবু চিল্লগা
তাইবং মৈচাক মূংলগে।

( চোথেনিংথৌগী খুত্তগী পিদোম্নগী লুরেল
লৌরগা মমীত্তা মপি তানা শংত্রিক য়েঙিঙ)

পিদোন !
থায়নগী লৈরাং পিদোম্নু।

(হায়দুনা মথাদা চেৎনা কোল্লগা লৈমায় থক্তা হাইথখে)

য়োইরেম্বা— তাহবং হকচাং য়াওদ্রবী,
মিরেল হামচৎনরবী,
নুংশি লুরেল অসিবু
ঐবু পোকপী পলেম্না !
পলেম, পলেম অপোকপী !

( হায়দুনা মমাগী লুরেল কোন্দুনা
তুথখ্রে—ময়াম হোৌচন্দুনা লাঙ্গৈকম্নরে )

---

তপ্পা তপ্পা ফিজঙ হাইজিনখ্রে।

# অরানবা চুমথোকপা

| লামায় | | পরেংশুবা | | অরানবা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|---|---|
| ৪ | থক্তগী | ৮ | ” | হুঞ্জম্বা | হুঞ্জবা |
| ” | খাদগী | ৭ | ” | পাম্বরসে | পাম্বরহে |
| ১০ | থক্তগী | ১০ | ” | হৈয়ুমু | হৈয়ুম । |
| ২০ | খাদগী | ১ | ” | থেংনরৈ | থেংনরে । |
| ২৫ | থক্তগী | ১০ | ” | ইয়ামদা | ইমায়দা । |
| ২৮ | থক্তগী | ৯ | ” | লেনবনা | লেনবদা |
| ৩১ | ” | ৮ | ” | মুংশি | মুংশিং |
| ৩৩ | থক্তগী | ১৪ | ” | নোংগাইরমদাই | নোংগারমদাই |
| ৫১ | ” | ১০ | ” | চীমফেল | চীনফেল |
| ” | ” | ১৪ | ” | অরুবনা | অরূবনা |
| ” | ” | ১৫ | ” | য়াইদা | য়ায়দা |
| ৫৪ | ” | ৮ | ” | হায় | হায় ! |
| ” | ” | ১৭ | ” | ইপাক্তা | ঈপাক্তা |
| ৫৮ | ” | ২ | ” | য়াথংমাবু | ময়াথংবু |
| ৫৯ | খাদগী | ৪ | ” | অথেমপোৎ | অথেনপোৎ |
| ” | ” | ১ | ” | মীয়েং | মীৎয়েং. |
| ৬৪ | ” | ৩ | ” | য়াওবীলৈমা ফারো ফারো ইনিথোগী মপাদা | |
| ৬৫ | থক্তগী | ৭ | ” | পুশিনথ্রে | পুশিনথ্রো |
| ৬৬ | থক্তগী | ২ | ” | য়কায়রে | য়াকায়রে । |
| ” | খাদগী | ১ | ” | ইপলন্থৌ | ইপন্থৌ |
| ৬৮ | থক্তগী | ৬ | ” | ঈমা | হৈমা |

| লামায় | | পরেংশুবা | | অরানবা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|---|---|
| ৭২ | খাদগী | ২ | ” | অঙাম্বা | অঙম্বা |
| ৭৩ | থক্তগী | ৪ | ” | কাওতুনা | কাউত্থনা |
| ” | খাদগী | ৪ দা | ” | “ অঙম্বা ” হাপ্লিগদবনি | |
| ৭৪ | থক্তগী | ৬ | ” | শাশু | শাস্থু |
| ” | ” | ৭ | ” | লানশু | লানস্থু |
| ৭৫ | খাদগী | ৯ | ” | ঈরোম্নুদা | ঈরোম্নুংদা |
| ৮৪ | খাদগী | ৮ | ” | অমতা | ’মতা |
| ৯৪ | ” | ১১ | ” | মথংনেন | মথংলেন |
| ৯৬ | থক্তগী | ৫ | ” | তোঙ্গানা | তেঙ্গোম্না |
| ১১৩ | থক্তগী | ৭ | ” | কেন্দুনা | কোন্দনা |
| ১১৪ | খাদগী | ৩ | ” | শকখঙ্নাউদা | শকথঙনবা উবদ |
| ১১৬ | ” | ৮ | ” | হু লিক্লি | হু উতোং |
| ১২৩ | ” | ১ | ” | “পাম্মুদদিকো” অমা হেল্লে য়াওশোই | |
| ১২৪ | থক্তগী | ৪ | ” | থাক্কনে | থক্কনে। |
| ১৩৭ | ” | ৫ | ” | হুন্না | হুম্না |
| ১৪১ | ” | ১ | ” | তুনা | (য়াউরোই) |
| ১৪২ | ” | ৮ | ” | য়ইবি | য়াইবি |